থোকপী—
শ্রীমতি এল, মন্মুহন্নবী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম।



অহানবা থুংনম ১[illegible] ইং
কোপী মশীং ১০০০

মমল রুপা ২৫.০০

ফংফম—
দেবলা বুক স্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

নম্বম—
দেবলা প্রেস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনিদং

সাহিত্তা জগংতা শক্লাইরবা সাহিত্যকার শ্রীশরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী 'রামের সুমতি' (রামগী অফবা ৱাখল নত্রগা পুকচেল) বু মৈতৈলোন্দা হন্দোকুনা অপাবশিংগী মিংসেং-মাংদা লাপ্থোকচরি। মসি য়ারিবমখৈ লায়থোকহন্নবা হোৎনবদা ৱাহৈ-ৱাতানচিংবা থবা কোংদোক-হোংজিন তৌখিবা থবা য়াউখি। অহৃপা অসিগুম্বা মিংচং লৈরবা অইবা অমগী মশক-মমিং নাইরবা লাইরিক অমবু মপাগী লোন্দগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা ঙামবসি অপোম্ব-মতাম য়াউরোই হায়নিংঙাই লৈতে। অহুম ওইনমক বঙ্গদেশকী মশং নাইরবা সাহিত্যকারনা ৱারেং অসিদা শীরিবা কাউত্তবত্রবা মহাওহু পামজকবনা লাইরিক অসি হন্দোকচকবনি।

লাইরিক অসি কোংদোক্লবগীদমক ঐগী ইয়াম্বা শরুবা ঈকাই-খুম্নবা শ্রী:মাইরাংথেম ইবোতোম্বী (রিভিনিউ অমসুং জেটিসারী মিনিস্টর) না মহৌশাগুম অচৌবা মতেং পীবিরকপদগী লাইরিক অসি পাবিরিবশিংগী মুংশি-মিংসেং-মাংদা লাপ্থোকচনবা পুদোং কংজবনি। অহুনা তেংবাংবিরিবা ইয়াম্বা অসিগী মফমদা পুক্নিংগী শিংথমোইদবা নমন তোনশিজরে।

হন্দোকচবা—

# রামের সুমতি

## অমা

রামলাল মশাগী চহি য়ামদ্রি, অদুবু ফত্ত-লৌশিংদদি হন্দুবা নত্তে। খুঙ্গংগী মীনা মহাকপু কীনৈ। মহাক্কী অত্যাচার করম্বা মতমদা য়াইকৈ কদোমদগী মত্তো কমদৌনা তৌরকদগে হায়বা অদু কনানসু ভাবনা শাক্লুনবা উপায় লৈবা নত্তে।

মহাক্কী মমা তীন্নদবা ময়াম্বা শ্যামলালবুসু তশেংনা অতপ্পা মথলগী মীওইনি হায়রুবা য়াদে, অদুবু মহাক্না কয়িসু লৈত্তবা ময়ালগীদি অকনবা চৈরাক পীরুদে। মহাক খুঙ্গংগী জমিদারী ওফিসতা তৌই অমসুং মশাগী লৌ-শীং য়েংশিল্লি। মখোয়গী ফিভম চংনবা য়ানা কৈ।

শ্যামলালগী নুপী নারায়ণীনা ইহান হান্না য়ুম্বানবদা খোঙদারখিবদু ওসিদগী চহি তরাহুমদোইগী মমাংদনি। চহি অহুদা রামগী লুগ্রাবী মমা শিখি। মহাক্না শিরমদায়দা চহি অনি-মথাংদা থাইখিবা অতাং ওইরিবা রাম অমসুং মাগী অচৌবা

সংসার অসি মহাক্কী চহি তরাহুমদোইদা ঙাইরিবী নৌজরিবঁ মমৌনুপী নারায়ণীগী মথুংতা শিন্নরম্লগা চংখি।

চহি অসিদা মাইকৈ মরিদা থোইদোক্লা অনা-অয়েক শন্দোরকই। নারায়ণীসু নারম্মী।

খুঙ্গং অহুম-মবি অতুদা অমত্তা ঙাইরবা থরমখৈদা পাশ তৌবা ডাক্তর নীলমণি সরকারগী লুপা অমগী ভিজিট-ফি লুপা অনিদা কাওথংখ্রে অমসুং কুইনিন কুপ্লা তবথায়রগা এরোরুট (arrowroot) কা ময়দাগা য়ানশিল্লগা অথবা হিদাক ওইরকই।

সুমিৎ তরেংনি কৌখ্রে, নারায়ণীগী অনাবা হনবা লৈত্রে। শ্যামলাল মথরায় রারে।

য়ুমগী মীমাইনুপী নৃত্যকালীনা ডাক্তর কৌবা চংলুই, হল্লক্লগা হায়রৈ, "ঙসিদি মহাক অতোপ্পা খুঙ্গংদা চংকনি— মফম অহুদদি ভিজিট লুপা মরিনি—লাকপা ঙম্মরোই হায়রকই।"

শ্যামলালনা শাউনা হায়রকই, "ঐসু মহু ওইরগনা লুপা মরি পীবা হায়বহুনি, শেলনা হানত্রা, থরায়না হানত্রা? নঙ হংলুচো, অতোনবা মচাহু কৌরু।"

নারায়ণীনা ইমুংদা রা অহু তারহুনা খোঞ্জেল পিক্লা কৌহুনা হায়রকই, "তাবিরিত্রা, ররিগীনো অহুক হাক্লা ফিঙ্গংপিরিবা?"

"ডাক্তর হয়েং লাকচসনু, নোংমদবু করি অমুক অকায়বা লৈগদগে ?"

রামলাল শুমাং মচি অমদা লৈজাং মখোণ্ডদা মফহুনা উচেক্কী পিঞ্জরা লোন্দুনা লৈরম্ম', হৌগংতুনা চংশিল্লগা হ য়রকই. "নঙ চংলুরমু নৃত্য, ঐ চংলুরগে।"

মনাও-নুপাগী রা তারভুনা মপুক্লিং লাংতক্লনা নারায়ণীনা হৌগংতুনা ফম্লগা হায়রকই, "তাবিরিব্রা, রামবু খাস্থিয়ু। হো র'ম, ঐবু হাংপা পাপ পুজনি, চংখিনু— ঐগী মরম্মোকপা ইনাও-নুপানি. হৌনদে ইবুংঙো', খংন-চৈনকুবা ফত্তে।"

রাম্মা মনাদা ফাওবা হাপখিদ্রে— মপ'লদা থোকখ্রে।

ময়াম্বগী চহি মঙাদা ডাইরিবা মচানুপা মতম অহু ফাওবা পজেংশিংহু পায়হুনা ফম্লি, হায়রকই, পিঞ্জরা শেম্লরোইদ্রা কাকা ?"

কোম্লা শেমগনি।" হায়রম্লগা রাম চংখ্রে।

নারায়ণীনা মর'ইবক্তা খুহুম্না শুজবগা পেহৌ পেহৌ তৌনা মপুরোইবদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "মাবু থাদোকপিখ্রিবা করিগীনো ? য়েংবিউ, করিনো ইরাং অমা তৌক্লরগনি।"

শ্যামলাল থোইদৌ শাউগংনা অমস্থুং রারৌনা লৈরিবনি, শাউনা হায়রকই, "ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ? নঙনা খাম্বদা য়াদ্রগা ঐনা খাম্বদা য়াগদ্রা ?"

"মথুং পায়হুনা খাম্বিহৌদ্রিবা করিগীনো ? হাই নৃত্য, মরম্মোকপী ইবেম্মা, লেপতুনা লৈথোক্লনু— ভোলা কৌরুচো

চৎলো, থেমহন-নৌহন্দুনা কৌহল্লুনবা— মহাক মণ হৌইদুনা লৌবুক্তা কুম্মমখিদবা য়াই।"

নৃত্যকালী ভোলা থিবা চৎখ্রে।

রাম নীলমণি ডাক্তরগী য়ুমদা থুংলয়ে।

মতম অদুদা ডাক্তর ডিসপেন্সরিদা, চায়বদি অকায়বা আলমারি অমগী মমাংদা অকায়বা টেবিল অমদা হিদাক ওস্বেক-ওনশিন তৌদুনা ফমদুনা লৈরম্মী।

অমাবা মী মরি-মঙানা মথা কাদুনা য়েংলম্মী।

ডাক্তর মমিং শুক্তোক্তুনা মশাগী মথৌদা মপুক্লিং চংলি।

রামনা মিনিট অমরোম তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "ইচেমা নাবা কত্রিবা করিগীনো?"

ডাক্তরনা অপিকপা ফালা মচাদুদা মিংয়েং থম্লদুনা হায়রকই, "এনা কৈদৌগদগে— হিদাক পীরি—"

"উং পীরি? অপুম্বা ময়দা মকুপ্না অনাবা ফগদ্রা?"

রা অসি ভাবদা নীমলণিনা ওল্লিবা হিদাক অমস্তুং ফালা মচাদু পায়খৎতুনা মমিং ঙাংনা বাদি ঙাংদনা শংত্রিক য়েংলকই।

অদুক কনবা রা মচিন্দা পনবা ঙম্বগী মথৌনা লৈবা কনাগুম্বা মীশক সংসার অসিদা লৈরম্বা য়াই হায়বা মহাক্না থল্লমদে।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না ঙংহুনা অমুক হায়রকই, "অপুম্বা ময়দা মকুপ, অহুদি লৌবা লাক্লিবা করিগীনো হঁা? নঙগী নয়াম্বু ইখোঙ কোন্দুনা হায়ডহল্লরিবা করিগীনো?"

রাম্না হায়রকই, "মাইকৈ সোমদা অতোপ্পা ডাক্তর লৈতে, অহুনা কৌহমবা থাবনি, লৈরম্লবদি কৌহল্লমোইদবনি।"

মৈশিংহু চপ থুনা রা তারি, মখোয়দা য়েংলগা মহাক্না অমুক হায়রকই,"নঙদি জাত অতোনবনি, বামোনগী মান-মর্য্যাদা খঙবা নত্তে, অহুনা কোম্না হায়দোকপা ঙম্লিবনি, ইখোঙ কোন্দুনা হায়জহল্লরিবা করিগীমো হায়না। দাদাদি কনাগীস্মু মখোঙ কোন্দে। অহুনা তাও, অফবা হিদাক পুহুনা হৌজিকমক লাকউ, থিন্থরনু। ঙসি করিগুম্বা মাবা ফগংলক্লবদি আংদা কলম শেমহুনা হৈনৌগী বাগান শেমগংলিদনা, থোইনা চাউবা নত্রি,—মহু শীংজংনা অমুমুক য়ানবদা থবং থবং তংকনি— মহুগী অমা ফাওবা ঙসি অহিং লেল্লরোইদবনি। হয়েং লাক্লগা সিদগী লিক্লি ময়াম অসি শিংকুপ শানা শুগায়রগনি।"

অসি হায়রম্লগা মহাক মপান্দা থোকখ্রে।

ডাক্তর ফালা মচাহু পায়হুনা পঙথবগুম ফমহুনা লৈখ্রে।

অহল অমনা মতম অহুদা মথৌনা ফংলহুনা হায়রকই, "ডাক্তরবাবু, অমুক পন্থরনু। অফবা হিদাক লোংশিন-খোংচিন্দুনা থম্বা লৈরবদি মহু পুহুনা চংলো। রাম হায়বা বামোন-মচা অসিনা হায়রম্লবা রাদি মহু শোয়দনা পাংথোক্লগনি, মহুদদা থাদোকদৌরিবনি।"

ডাক্তরনা ফালা মচাহ্ থন্নগা হায়রকই, "ঐ থানাদা দরোগাবাবুগী মনাক্তা চংকনি, নখোয় পুম্নমক্না সাক্ষীনি।"

পাগীতাক পীরিবা অহল অহনা হায়রকই, "সাক্ষী! সাক্ষী কনানা পীগদগে বাবু? ঐদি কুইনাইন চাবদা নাকোং বঁং বঁং লাউরে— রামঠাকুরনা হায়রম্হ্ ফাওবা তাবা ফংহৌদ্রবনি। অহগা দরোগানা করিবু তৌগদগে বাবু? মহা-লাই অহ উবদদি পিকই, অহবু মহাক্কী লমহেনবা অঙাংশিংগী দল অহদি অপিকপা নত্তে। য়ুম মৈ থাহনা হাংলবদা থানাগী মীনা কনবা লাকপিরোই, দারোগা বাবুনা তৌবিরগদবা উপকারদি শামুগী মতুংদা পেনা খোংবনি। অহগুম্হ্ ঐখোয় ওমজরোই—মাবু মা খুদিংমক্না কীনরিবনি। মহগী শরুকপুদি হায়রল্লিবা অহমক তৌবনা কৈ। খুদাং মীহুল অহক্তা য়েংবিয়ু বাবু— ওসিবু তল-বা অম-অনি চাবা য়াগদ্রা?"

ডাক্তরগী থম্মোয়দা ওমহনা চাক্লম্লিবনি, হনুবনা মীহুল য়েংবিয়ু হায়জরকপা রাকম অহদা ঙুং ঙুং ঙুংহনা চাকখংলক্রে, হায়রকই, "সাক্ষী পীরোইদবা নখোয়? অহদি চৎপিখ্রো চংলো মফম অসিদগী। ঐ কনাগীম্ব মীহুন য়েংবা ওয়রোই— শিবা তারবা ফাওবা কনাদস্ব হিদাক পীররোই— য়েংগে নখোয়গী করি গতি লৈবগে।"

অহল অহ চৈশু পায়হনা হৌগংখ্রে, হায়রকই, "দোষ কনাগীম্ব লৈত্তে ডাক্তরবাবু, মহাক য়াম্না তমগী। ঠাকুরদা পাউ

অসি অমুক্তা পীহৌরুবা তারি, মতু নত্রবদি মপুক্লিংদা খনখিবস্থু য়াই, থানাদা চংপগী খুজিল-থৌরাং অসি ঐখোয়না শিনবনি হায়না। বিঘা অমা খামেন চান্না লিংঙে— য়ান্না মহৌ-মকা ফনা হৌরক্লি— ঙসি অহিংমক ঙম্না ফুক্কৎতুনা থনম্বা য়াই। লমহেনবা অঙাংশিংতুদি অহিংদা তুমদে। বাবু. থানাদা চংকে হায়রবস্থু নোংমা অমুক চংলু— ঙসিদি হিদাক লিক্লি অমা পুতুনা মখোয় শাউখিদনবা হোংনবিরু।"

অহল অতু চংখ্রে, অতুগা লৈহৌরিবা মখোয় অতুম্ভু মহৈ মহৈ লৈথোক্লখ্রে।

নীলমণিনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা মঁওইব-পুন্সিগী অরোইবা অভিজ্ঞতা— সংসারগী খ্বাইদগী রাংবা রাহৈতু ত্রং ত্রং থিতুনা হৌগংলগা ইমুংদা চংখ্রে,—"সংসারগী কনাগুম্বা থোরাবী অমত্তগী ফনবা তৌবিংঙাই ওইদে।"

নার'য়ণীনা মপাল্লোমদা ফাংপা মিহুংথোঙদা মিংয়েং থম্লতুনা হাই-হুমতুনা অনাবা খাংলি।

রাম্না ময়ুমদা হল্লকপগা কৌরকই, "গোবিন্দ, পজেং পাররো লাও।"

নারায়ণীনা কৌরকই, "হো রাম, সোমদা অমুক্তা চংলকউ।"

রাম্না য়াম্না চেকশিন্না রাচেংকী কালোক্তা পজেং লোন্না লোন্না হায়রকই, "হৌজিক ঙাইথো, থবক তৌরি।"

নারায়ণীনা ধমকা তৌরহুনা হায়রকই, "নহাক থুনা লাকউ হায়রিবসিনি।"

রামা পজেংশিংহু থম্লগা মতৈমগী কাদা চংলক্লগা কাংথোল মচি অমদা মখোঙ ময়াদা ফম্লরে।

নারায়ণীনা হংলকই, "ডাক্তরগা নঙগা উন্নরকপ্রা?"

"হোয়।"

"করি হায়রম্বগে মঙোন্দা?"

"লাকউ হায়রম্মী।"

নারায়ণীনা থাজদ্রে, হায়রকই, "গুপ্পগী লাকউদমক হায়রম্বা— অতৈদি করিস্থু হায়রমদ্রা?"

রাম তুম্মিন্না লৈ।

নারায়ণীনা হায়রকই, "থুম্মুনে, করি হায়রম্বগে মঙোন্দা?"

"তম্মরোই।"

নৃত্যকালীনা মনুংদা চংলক্লুনা পাউ পীররে—"ডাক্তরবাবু লেংলক্লে।"

নারায়ণী চাদর অচৌবহু চিংথংলগা মমাই ওস্থোক্লুনা হিপগ্রে।

ইকুই কুইদনা ডাক্তরগা লোয়নহুনা শ্যামলাল কাহুগী মনুংদা চংলকই।

ডাক্তরনা মথৌ পাংথোক্লগা নারায়ণীগী মফমদা হায়রকই, "বামোন-ইবেম্মা, নাবা ফব-ফত্তববু ডাক্তরগী মথুংতা লৈত্রবে?

মহাক্কী মনাও-মুপানদি ঐডোন্দা মুমিং নিনিগী মতম পীরম্মী। ম'সগী মমুংদা ফরবদি ক্যর, কত্তবা থোক্লবদি ঐগী য়ুম-কৈ মৈ থাগনি হায়রম্মী।"

নরায়ণীনা ঈকাইবনা শিগদৌরহুনা হায়রকই, "মানা অহুগুম্বা রা হায়রল্লিবা, করিমত্তা মুংশাগীবিকুমু।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মখোয়গী দল অমা লৈ হায়না মীনা হায়নৈ। মখোয়না হায়বগা তৌবগা মান্নৈ। অহুনা রাম্না চিংনরিবনি, ইবেম্ম'! ঐখোয়না হিদাকমখেদি পীবা ওম্মী, থরায় হাপ্লদি ওমদে।"

নারায়ণী তুম্মিন্না লৈগ্রে।

শ্যামলালনা শাউরক্তুনা হায়রকই, "অঙাং অসি নোংমদি জেলদা চংলবা শোয়দবনি হায়বা খঙলে, মাগা লোয়ননা ঐস্থু চংদনবা, মহু খল্লিবনি।"

ওসিদি নীলমণিনা তুক্ষম কাগী উপু হাংহুনা অশেংবা কুইনিন অমম্বুং শেম্বদা ওাইরিবা হিদাক পুরকখিবনি, মহুমক পীরম্লগা হল্লমদায়দা শ্যামলালনা ভিজিট-কি লুপা মরি পীরকপদা মহাক্না মরৈ চিক্লগা হন্নায়কই, "মাংলে মাংলে! ঐগী ভিজিটকিদি লুপা অমথক্তুনি। মহুদগী হেন্না করিগুম্বা মওংদম্বু ঐ লৌবা ওমজয়োই— মহুগী হৈনবী লৈজদে। শ্যামবাবু, শেলদি মুখিং নিনিগীদনি, অহুবু ধর্ম্মদি মতম চুপ্পগীনি।"

মুখিং নিন্দ্রিগী মমাংদা মকম অসিমক্তদা লুপা অমদুগী হেন্না লৌখি, ঙসি বাকম অহু কাওবা মহাক কাউথোকপ্রমাম্লে। অহুবু শ্যামলালনা খোদোক পুম্নমক খঙজিনহোরে।

ওইনিংবা ওইজসমু, নারায়ণী নাবা যরুহনা হৌগংলে, অমস্তুং সংসার হায়গী মতৌগুম অমুক চংথরক্লে।

## অনি

থা অনিগী মতুংদা নোংমা নারায়ণীনা তুরেলদা ঈরুজক্তরগা ঈশিং থন্না য়াউবা কোল থাংথরগা হায়রকই, "নৃত্য, য়োংহুদি কদায় ?"

য়োং অহু কনানো হায়বা ইমুংগী মী পুম্নমক্কা খঙই।

নৃত্যকালীনা হায়রকই, "বাবু-মচাদি হৌজিক্তা লৈরমুনি— মহাক্তি আদা ঘুমতি শারি।"

নারায়ণীনা উরহুনা কৌরকই, "সিদা লাও লমহেনবা, সিদা লাও। নঙগী হাক্তকুগী ঐ ইঙক্তা থৌরি থুহুনা শিজবা তারিব্রা ?"

রামলালনা হরিথাগোক তম্মায়গী মমুংগী অনপ্লহু চৈতেক্তা কোংনা কোংনা চংশিল্লক্তুনা লেপ্লরে।

নারায়ণীনা হায়রকই, "সাঁতরাখোয়গী শাগাই শাহুনা থারিবা থবি পাম্বিহু ককথংলুরিবা করিগীনো ?"

"মখোয়বু ঐনা ককথংপা উহৌব্রনে ?"

"মখোয় উদে, ঐনা উহৌবনি। করিগী ককথংলুরিবনো হায়য়ু ?"

"ঐঙোন্দা হন্নবী চিনগনবী অহনা ঈকাইবা পীরিবা করিগীনো ?"

নারায়ণীনা মৈ হৌরক্লুনা হায়য়কই, "ঈকাইবা পীবগী রা কোম্না খল্লসি—নঙনা হুরাল্লুরিবা করিগীনো, মহ হান্না হায়খো ?"

রামলালনা মহৌশাগুম ঙক্না অমস্নুং শাউনা হায়রকই, "হুরাল্লিবা ? কৈদৌঙৈদস্সু হুরান্দে ! সুপশিংদা চাউবা থবি অমা হেকপবু হুরানবা ওইগদ্রা ?"

নারায়ণীনা অমুক হেন্না মথরায় চাক্লুনা হায়রকই, "হোয়, য়োং। চাম্বরক ওইরিবনি ! চাউবং, কদায়বু হুরানবা কোংগে হায়বা খোল্লম কোক্রিবা অঙাং কাওবনা থঙই। নখোঙ নাম্না থাঙ্গৎতুনা লৈদু, ঈকাই-নাইদবা, লেপপু হায়রিবসিন্নি।"

য়ুম অসিদা পিক্লিবা অঙাং গোবিন্দ রামগী শাদোংনি। পুং কুনমরিমক মহাক মনাক্তা লৈ অমস্নুং থবক পুম্নমক্তা মঙেং পাংই। রামগী য়াথং মতুং ইন্না ঙসাইমথৈ মহাক ঘুমতি পায়হনা লৈরম্মী, লাংবা তাহনা মহ হুন্দোক্লম্লহনা মমাগী মনাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লরে।

রায়া ম্রে-মরা তৌবা উবদা গোবিন্দনা হায়রকই, "কাকা, খোঙ নাম্না থাঙ্গৎতুনা লেপ্লা— অস্নুম্না তৌগদবনি।"

অসি হায়রদুনা মহাক্না মখোঙ নাম্মা থাঙ্গৎতুনা নমুনা উৎলকই।

রাম্না মহাক্কী মখজাইদা খুবাক্না থাবগা মতুং হন্দোক্লগা মখোঙ নাম্মা থাঙ্গৎতুনা লেপখ্রে।

নারায়ণীনা নোক্লিংবা খাংলদুনা মচামুপা পমখৎলগা চাকশঙদা চংখ্রে।

মিনিট অনিগী মতুংদা মহাক্না হল্লবপদা উৱে, মহাক মতৌ অদুম্না অদুম মখোঙ নাম্মা থাঙ্গৎতুনা লেপ্লম্লি, কুঞ্জা মতোলনা মপী তোইনা তোইনা তৈথোক্লি।

নারায়ণীনা হায়রকই, "ফৱে, চৎলো, মাৱে। মতুং-মনাওদি অদুম্না তৌগনু।"

রাম্না রা অদু তাদ্রে। শাউদুনা অদুম্না অদুম মখোঙ নাম্মা থাঙ্গৎতুনা লেপ্তুনা মপী তৈথোরকই।

নারায়ণীনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা মখুৎ পায়দুনা চিঙ্গদবগী তৌরুই, মহাক্না খোঙফম চেৎনা লেপতুনা মাপী মখুৎ শাফু কন্না থোক লাক্তুনা ইন্থোরক্লে।

নারায়ণীনা নোক্তুনা অমুক চিংনবা হোৎনরুবমক্তদা হায়গী মতৌগুম কন্না ইন্থেক্তুনা মশা নান্থোক্তুনা রাম মপালদা হৌদুনা চেন্থোকখ্রে।

পুং অমরোমগী মতুংদা নৃত্যকালীনা কৌবা লাকপদা উৱে, চণ্ডীমাণ্ডপকী অসোম থংবা মাঙ্গোলদা মখোঙ য়াম্থদুনা উখোঙদা ঙাদুনা রাম তুম্মিন্না ফমদুনা লৈরম্মা।

নৃত্যকালীনা হায়রকই, "স্কুল কাররোইদ্রা বাবু-মচা? ইমা-ইবেম্মনা কৌরি।"

রাম খুম্লক্তে। তাদবগী মঙংগুম অহুম ফমহুনা লৈ।

নৃত্যকালীনা মমাংদা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "ইমা-বেম্মনা ঈক্লরগা চাক-চাথোক্লরো হায়রকই।"

রাম্না মমিং ঙাংনা ঙংহুনা হায়রকই, "নঙ চংথ্রো চংলো।"

"অহুবু ইমানা করি হায়রকপগে হায়বা তারব্রা?"

"নত্তে, তাদে। ঐ ঈরুজরোই, চাক চারোই— করিস্থু তৌরোই— নঙ চংথ্রো।"

"ইমা-বেম্মদা তম্মুরগে।" হায়রগা নৃত্যকালী হনখিগদবগী তৌরকই।

রাম্না খুদক্তা ফুক হোগংলগা মনিং পুখ্রি অপুন্বদা চুপ লুপ্লুরগা মশম-মনা চোংনা অচোংপা শেংতুনা ফমহুনা লৈখ্রে।

নারায়ণী পাত্ত কংহুনা মপুক্লিং লাংতক্লনা চেল্লক্লে, হায়রকই, "হাই ভুত! তৌরিবহ্ করিনো? পুখ্রি অহুদদি কৌনহুনা কনাস্থু কুম্নত্রবনি, নঙনা থৌ-বা শাদনা ঈরুপ্লুরিব্রা?"

মহাক্লা মফি ফিজিনা মহাকী মশম-মনা তৈথোকপিরে, মফি হোংবিরে, অহুপা ইমুংদা পুশিল্লগা চাক শেম্বিরে।

রাম চাক-লুক মমাংদা চপ য়ুংনা ফমহুনা লৈথোকখ্রে।

নারায়ণীনা মহাক্তী মপুক্লিংগী তাব থঙলহুনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা মকোক্তা নাবিরহুনা হায়রকই, "মরম্মোকপা ইনাওনি,

হৌজিক্তি নঙ মখুৎনা চাথোক্লো, হোরেন অহিংদি ঐনা ইনবিগনি। নমাই ওস্থোক্লুনা য়েংউ, হৌজিকস্মু থোং-থাকপা লোইত্রি— মরম্মোকপনি চাক চাথোক্লো।"

রাম্না মতম অহুদা চাক চারগা মফি-মরোল হোংলগা স্কুলদা চৎখ্রে।

নৃত্যকালীনা হায়রকই, "ইমা-বেম্মগী হাকন্দগী মাবু ফত্তবা অভ্যাস মখল পুম্নমক হৈনহল্লবনি! অহুক চাউরবা নুপামচাবু তম্পাক্তা পমহুনা চাক ইনবিবা! থিত্তংবু শাউরবদি চাক ইনবিবা তারিবা— মহুনা অমুক করি রানো।"

নারায়ণীনা নোকফেং তৌহুনা হায়রকই, "মহু নত্রবদি চাক চারোইনে। নুংদাংদা চাক ইনবিগনি হায়হুনা হরাওহল্লবদি মহাক অসিদা অহুম নুংথিল চুপ্পা মরু লুকথহুনা ফমহুনা লৈরমগনি— চাক চারয়োই।"

নৃত্যাকালীনা হায়রকই, "নত্তে, চারয়োইদবা! চাকপু লাম্নবদি মশানা অহুম চাজরগনি। অহুক চাউরবা নুপামচানা—"

নারায়ণীনা মপুক্লিংদা পেন্দ্রহুনা হায়রকই, "নথোয়না মাগী বয়সতমক উই! চাউরক্লগা মবুদ্ধি লৈরক্লগা মহাক মশানা অহুম ইকাইজরকনি। মতমহুদা অমুক তম্পাক্তা ফমহুনা চানিংথিগদ্রা, নত্তে, চাক ইন্নথিগদ্রা?"

নৃত্যাকালীনা মপুক্লিংদা য়ানিংদহুনা হায়রকই,"ফননবগীদমক হায়জবনি ইমা-বেম্মা, মহু নত্রবদি ঐগী ইথৌ করি লৈবগে?

চহি তরাতক্লক-তরাতরেং শুরবদস্থ করিগুম্বা মঙোন্দা জ্ঞান-বুদ্ধি লৈত্রবদি করম্বা মতমদা অমুক লৈরকখিগদগে ?”

নারায়ণী হন্দক্তি শাউরক্লে। হায়রকই, “জ্ঞান-বুদ্ধি মী খুদিংমক মতম অমত্তদা ফংনবা নত্তে নৃত্য। কনানা চহি অনি ঙনখৎনা, কনানা চহি অনি চোম্থনা ফংলিবনি। অদুগা ফগে ফসনু, ফরোই তোকসনু, নখোয়না অদুক হাক্লা রাবিক্লরিবা করিগীনো ?”

নৃত্যকালীনা হায়রকই, “মসিনি নহাক্কী দোষ ইমা-বেম্মা। মহাক মতৌ কমদৌনা ওক্লক্রবগে হায়বা অদুম্থু ইশানা উবিরিবহুনি। লৈকাইগী মীনা হায়, নহাক্লা লুনা তৌমখবদগী মহাক—”

নারায়ণীনা খোঞ্জেল য়াক্লা হায়রকই, “লৈকাইগী মীনা লুনা তৌবদমক উহ, রারকপনি উবিদে। অদুবু নঙদি লৈকাইগী মী নত্তে, পুম্ব্রি অপুম্বদা ‑ুম্প্লহ, ঈশ্বরনদি খঙলিগনি, নারকত্রা নারোহত্রা হায়বা, অদুগী মতুংদা চবা হেনহন্দুনা ফুলদা থাখো হায়রিত্রা ? হমুংদস্থু মপালদস্থু মীনা থানা ঙাংনবা কয়াসি খাংবা ঙম্লক্রবনি নৃত্য।”

অসি ঙাংনা চাংনা মহাক শোর ফুনগৎলক্লুনা মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে। মফি ফিজিনা মপী তৈথোরকই।

রাকম অসিগী মরিদা ঙরাং অহিং মপুরোইবগস্থু খরমখৈ য়েৎনগ্রবনি, রাকম অহু নৃত্যকালীনা খঙদে। থোইদোক্লা ঈকাইনা

অমসুং মথবায় মুংঙাইতনা মহাক্না হায়রকই, "হৈমা, করিনো ইমা-বেম্মা, কপ্পিরিবা করিগীনো? কত্তবা বাদি ঐনা করিসু হায়জখিদে। মীনা ঙাংনৈ, অদুনা থরা চেকশিনবিনবা হায়জবদনি।"

নারায়ণীনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "মী খুদংমকপু ঈশ্বরনা মওং মাননা শেম্বিরকপা নত্তে। মহাক থরা লমহেল্লি হায়দুনা মীগী মীরা-মীশা তুশিন্না তাদুনা খাংলক্লিবনি, অদুবু লুনা তৌদনবা মীনা হায়রিবদি করিগীনো? মখোয়না মসি পাল্লিব্রা, মাবু ঐনা ককথৎলপা ঈশিংনা তাউথহনখো হায়রিব্রা? মদুমক ওইরবদি মখোয়গী মনিং খুংলবা য়াই!"

অসি হায়রগা করিগুম্বা মথলগী পাউথুম অমত্তদা ঙাইরবা তৌদনা মহাক পর-পরপ চংখ্রে।

নৃত্যকালীনা মপুক্কিং সুংশিরকুনা মপুক্কিংদা হায়জরকই, খঙজ-লাকচদ্রে! হৈরম খুদিংমক্তা অসুক হাক্না জ্ঞান নৈবা অসুক হাক্না পুকচেল কবা মীশক অসিনা রা অসিথক্তং অসিবু করিগী খঙবা ঙমদ্রিহনো, অদুগা চৈরাকপু কয়া কল্লদমা! অঙাংনা মিনিট অমত্তং মখোঙ নাম্না থাঙ্গৎতুনা লেপতুনা কপ্লবদি পৃথিবী নৈরোন্নুংদা লুপখিবা তারেনে!

ময়াম্বগা কপ্পিরদুনা চাক চামিন্নবা রাম্না গুপ্পাম পাম্লমদে। ঙসি মুমিদাংদি নারায়ণীনা শিন্দুনা মচিল-মনাও অনিগী চাক থাংদোক্কুনা খংহংননা থম্লগা মহাক থোইনা লাপ্পুনা কমদুনা লৈরি।

রাম্না ইমুংদা চংলক্লগা কন কন চোংলকই। হায়রকই, "চংশ্রো, ঐ চাক চারোই— শুপচা চারোই।"

নারায়ণীনা হায়রকই, "অহৃদি তুম্মুরো চংলো।"

মাগী অরুম্বা খোজেল হাবদা রাম চোংবা তোকখ্রে। অহুবু চাক চামখদি কয়ুখ্রে — অহুম তুম্মিন্না লেপতুনা লৈ।

চাকশঙহৃগী অতোপ্পা খোঙ অমদা শ্যামলালনা ইমুংদা চংলকপমক্তদা রাম নোংথাংগী মতৌশুম মপালদা খোকখ্রে।

শ্যামলালনা তপ্প-ঈংনা চাক চাবা কয়গা হংলকই, "রামবু চাক চাখ্রব্রনে?"

নারায়ণীনা শয়প্পা হায়রকই, "মাদি ঐগা চারনি।"

চাক চাবা লোইহুনা শ্যামলালমা খোকখিবমক্তদা রাম্না উং খুবাম অমা পায়হুনা চংলক্লগা হায়রকই, "ঐনা কনাবুশু চাক পীজরোই—মরামগী চাকলুক্তা উং হাপচিনগনি—হাপচিল্লোয়া?"

নারায়ণীনা মমাই মোনথংলগা হায়রকই, "হাপচিন্দুনা লুংডাইত্রা অমুক্তং য়েংউদনা!"

রাম্না উং মখুত্তা পায়না পায়দা খোজেল ওঙ্খোক্তুনা হায়রকই, "রাম্না লুংডাইরে, অয়ুক্তা ঐডোন্দা ঠোগ তৌহুনা চাক পীজরগা হৌজিক লুংডাইরিবসি য়েংউদনা।"

"নঙমা চাক্তরিবহৃদি কয়িগীনো?"

"নঙনা হায়খিবদায় অহিংদা—"

"অঙাং হল্লুবা, মীগী মথুংনা চাক ইনবিবা নত্তু উকাইদ্রা !"

রামনা ঙঙ্কুনা হায়রকই, "মীগী মথুংতি কদায়! মহাক্না হায়খিবদায় !"

নারায়ণীনা তর্ক তৌদনা হায়রকই, "করে, চৎলো— উং হুন্দোকউরগা নথুং হামদোরকউ। অদুবু অমুক অমা করিগুম্বা নুমিত্তা চাক ইনবিয়ু হায়রবদি—"

চাক পীজবা মতম অদুস্তু লোইদ্রি, নৃত্যকালীনা মরম নৈতনা লাক্কুনা থোঙজিন্দা মুনা অমুক্তং য়েংলম্মগা মাইকৈ অসোমগী ম'ঙ্গোলদা চৎখ্রে।

নারায়ণীনা উহৌত্নুনা হায়রকই, "রাম, কৈদৌঙৈদম্তু খজিক্কা তপথররোইদ্রা ইবুংঙো। ঈশ্বরনা করিগুম্বা নুমিত্তস্তু নংঙোন্দা অকবা রাখল খজিক্কা ফাওবা পীবিরক্লরোইদ্রা? মীগী মীরা ঐ অমুক থাংবা ঙমদ্রেনে।"

রামনাময়াদগী চখোম য়োংশিল্লগা হায়রকই, "মীহু কনানো মমিং হায়য়ু।"

নারায়ণীনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "বস! মীহু কনানো মঙোন্দা মাগী মমিং হায়রো।"

অদুবু থা থরগী মতুংদা তশেংনমক নারায়ণী থা ঙম্রক্রে।

মহাক্কী মমা দিগম্বরী চহি তরাগী মচানুপী সুরধনীবু পুহনা নহালমখৈ করিগুম্বা মওং অমদা মৌপরাগী মকুমদা মতম

লেমশী। থঙহৌদনা মোপরা অহ্ শিং্রবদা মহাক্তী শাইদাংকম অমুক লৈখিদ্রে।

নরায়ণীনা মপুরোইববু য়াহল্লগা মখোয়বু লৌরুনবা মী থাদ্রে।

মখোয় থুংলরে অমম্নুং মোরকপগা মমানা মচান্নুপীগী মথক্তা কাথংগ্রবনি, মুংঙাইবা পাউ অসিদা রাম্নসু কাথংলবা মখোয় থাগংলকই।

হাপ্রদগী হৌনা দিগম্বরীনা রামলালদা য়েংথিবা মিংয়েংনা য়েংলকই।

ঙসি অযুক্তা শাম্না খুত্নপ অনি-অহুম রাংবা খোংনাং-চারা অমা গুমাং ময়াইদা থাগদবগী তৌবা হৌরকই।

চাকশঙগী মাঙ্গোলদা ফমদুনা দিগম্বরীনা মালা চংনা চংনা পুম্নমক অহ্ য়েংলগা খোঙেল য়াক্লা হায়রকই, "মদু করি তৌগদৌরিবনো রাম?"

রাম্না মতোম্না য়েংলদুনা হায়রকই, "খোংনাং পাম্বীসিনা চাউরক্রবদি নিংথিনা উরুম লাক্ষনিরে। মাস্টর মহাশয়না খোংনাংগী উরুমদি রাম্না কৈ হায়। গোবিন্দ, চৎলো, ঈশিং পুল অমত্তা লৌরুচো। ভোলা, নোয় নোয় লাউবা য়েংঙ্লা রা অমা রাকরুউ— থাজিনবা ভারি। মদু নত্রবদি যপ-ঈরোইনা চাথোকথিগনি।"

দিগম্বরীনা মখোইদো প্রোক প্রোক চাক্লকুনা হায়রকই, "ঙমাং ময়াইদবু খোংনাং পাম্বী! অসিগুম্বা হৌনদবা থোদোকদি কৈদোনুংদসু অমুক্তা উজ-লাকচরক্কি!"

রাম্না বা অহু মনাদা কাওবা হাপ্লে।

গোবিন্দনা মহাক্কা ঙমগদবা চকু মচা অমদা ঈশিং শোক্লুনা পুরক্লে। রাম্না মহাক্কী মখুত্তগী চকুহু লৌরগা মুংশিনা মোক্লুনা হায়রকই, "ঈশিং খিত্তংসিনা কৈদোননি অত্তাওবা! মত্ত মহুগী শরুকপুদি সিদা লৈরম্মু, ঐ ঈশিং শোকউগে।"

অহুগী মতুংদা ঈশিং চকু চকু হৈজিন্দুনা ঙমাং অপুম্বা লৈখোম থোকহন্দুনা রাম্না উ থাবা লোইশিল্লরুবা মতম অহুদা নারায়ণী ভুরেলদা ঈধজরুহুনা কাররক্লে।

দিগম্বরী ঙসাইমথৈ থম্মোয় ওমচাক্লনা লৈরক্লিবনি, মরমদি মহাক্কী মিৎ-মাংমক্তদা থোইদোক্লা মওং চাদবা থোদো অসি হৌরগা লোইশিনগ্রবগুম্বনি।

মহাক্কা মচানুপী উবমক্তদা শাউনা হায়রকই,"য়েংউ নারায়ণী, হয়া অমুক্তা য়েংউ! নঙগী ননাও-মুপাগী থোদো অমুক্তা য়েংউ। ঙমাং ময়াইদা ভোংনাং পাম্বী থারবদি উরুম লাঙ্গমি হায়ব্রা করিনো। অহুগা অসোমদা অমুক য়েংউ, ঈকাই-নাইদবা ভোলাগী থোদোসি। অচৌনা রাশাং অমা য়াম্থোক্লুনা পুরক্লিবসি—থাজিনগদোরিমাক্লে।"

নারায়ণীনা লৈহুনা য়েংলকই, ভপেংনমক রাশাং অমগা রাশাগা চিংহুনা ভোলা ঙমাংদা চংলক্লি।

ভোলা রামগা চহি লোঙ্গানি।

নারায়ণীনা নোক্রকই। অসোমবা মমানা শাউরিবা মওং, অদুগা সোমদনা রামগী ডাওশিন্নবা মতৌ, পুম্নমক অসি মহাক্কী মফমদা নোক্নিংবা থোদোক ওইনা থোকখ্রে। নোক্কুনা হায়রকই, "শুমাং ময়াইদা খোংনাং পাম্বী কৈদৌনগদৌরিবনোনে?"

রাম্না ওক্কুনা হায়রকই, "করিব্ ওইগদগে ইতৈমা! কয়াদা অঙকপা ফংনা উরুম লাঙ্গদগে হায়যুদনা, অদুগা উশা মচা অসি উরা, মসি চাউরক্লবদি— হাই গোবিন্দ, খুদোম্বী শিঙ্গনু— চাউরক্লগা গোবিন্দগীদমক্তা অহাইবী শেম্বিগদৌরিবনি। ভোলা, খরা রাংনা খাজিনবা তাই, মহ নঙবদি অমুবা মচিন্দু থিংজিন্দুনা লামহুনা চাথোকখিগনি; থাংজো পীরকউ, ঐগী খুত্তা পীরকউ, নঙ হৈরোই।"

মহাক্না রা অহ কেক কোক ককপা হৌখ্রক্লে।

নারায়ণী নোক্না নোক্না মকোক্তা খোংলিবা ঈশিং অথনবা কোন্দু চাকশঙদা থমলুনবা চংখ্রে।

শাউখিবনা দিগম্বরী মমিং ঈ কাররক্লে। মচানুপীদা খানা য়েংলহুনা হায়রকই, "নঙনা করিস্সু হায়দ্রেদনা? মফম অসিদা অহদি খোংনাং পাম্বী হৌহল্লসনুরা?"

নারায়ণীনা নোক্কুনা হায়রকই, "ইমা, ফিঙ্গংপিম্নিবা করিগীনো, অদুক চাউবা উবু থানব্রনে? মসিগী মরা-মুংলা করি য়াউহুনা ঈশিং চকু অনি হৈজিন্দুনসু হিংখিব্রা? মসিদি হয়েং অহুম কংজগ্রগনি।"

দিগম্বরীনা করিমত্তা ইংথদনা হায়রকই, "খুইথরোই উং ওইরগনি, অকবা পায়রবদি ফুংক্রোকউচো!"

নারায়ণীনা চিংনরক্লনা হায়রকই, "ইমাইপেম্মা! মহু ওইরবদি কনাস্মু অমুক ঙিংলরোই।"

দিগম্বরীনা হায়রকই, "করগীনো ইথোলবু মা মত্তোমদগীরনে, মনীং তৌহনা শুমাং ময়াইদা খোংনাং পাম্বী থাকনগদৌরিবদি। নখোয়দি কনাস্মু নত্তব্রা? ঐগী গোবিন্দ কনাস্মু নত্তবা। ইমাইপেম্মা, খোংনাং পাম্বীদদি লৈবাক্কী লৈরিবা লাক, শেকপী মকু পুম্নমক মহুম শারগদৌরিবনি, শরু-শম্বাংনা চায়হন্দুনা ছারখার শাহল্লগত্রা—ঐদি নারায়ণী. মহু ওইরবদি লৈব-লাকপা ঙমজরোই! মাবু নখোয়না অহুক হাক্না কীনরিবসি করিগীদমক্তনো হায়গু তাসি? করিগুম্বা ঐগী ইযুম ওইরম্লবদি নারায়ণী, মহু ওইরম্লবদি উরমগদবনি, মা কযা শাগীনা লম-হেনবা ঙম্বগে হায়বা। নোংমা মরিল চুমথোক্লমগদবনি।"

নারায়ণীনা মমাগী থম্মোয় মনুংহু মিংশেলগী মত্তৌগুম তরং তরং উবা ফংলে। অহুবু তুম্মিন্না লৈরগা নমহুনা নোকশিন্নহুনা হায়রকই, "অঙাংশিদনা, মাগী মবুদ্ধি হৌজিক করিবু লৈগনি ইমা! মবুদ্ধি লৈরম্লবদি কনানবু মশাগী মযুমগী শুমাংদবু খোংনাং পাম্বী থাবা হৌনবগে? মুমিং মিনিদি লৈজখিসনু, অহুগী মতুংদা মহাক মশামক্না অহুম ফুংক্রোকচখিগনি।"

দিগম্বরীনা হায়রকই, "ফুংক্রোকচগদৌরিবা! মানা করিগী ফুংক্রোকদৌরিবনো? ঐ ইশামক্না ফুংক্রোকনি।"

নারায়ণীনা হায়রকই, "নত্তে, ইমা মহ তৌবিকপনু, নঙোন্দা হায়জরিবসিনি, মাবু মশক খঙবিদ্রে। ঐনা নঙনদি মাগী ময়াম্না কাওবা শোকউনবা থৌনা ফরুবা ঙম্মোই ইমা! ঙসি নুমিৎসিমদি লৈজরসনু "

দিগম্বরীনা ব'রোহনা হায়রকই, "ফরে, ফরে, নঙ নকি হো দোকউরো চৎলো।"

নুংথিল পোবোপ্তা ন'রায়ণীনা মশাগী কাদা ফমহনা মোনখুম লোল্লি। নৃত্যনা চেল্লকুনা পাউ পীররে, "ইমা-বেম্মা, মাংলে, অবোক্লা বাবুমচাগী উ ফুক্তোকখ্রে।. মহাক স্কুলদগী কুম্লকপদা কনাম্ভু হিংলরোই।"

নারায়ণীনা মোনখুম লোনব তোক্কুনা চেন্থোক্কুনা য়েংলকই, তশেংনমক উহ লৈত্রে।

মহাক্লা হায়রকই, "ইমা, রামগী উহ কৈদৌথ্রবগে?"

দিগম্বরীনা মচিন পৈথোক্কুনা মখুৎ থিন্দুনা উংতুনা হায়রকই, "অ':দা।"

নারায়ণীনা মনাক্তা চংশিন্দুনা য়েংই, মহু গুপ্নগী ফুক্তোকপদা নত্তে, লৈথংতুনা থুদেক্কুনা থম্বনি। মতম অহুদা বা-লাং ঙাংদনা থুনগংতুনা মপালদা হন্দোকলুরগা নারায়ণী ইমুংদা চংখ্রে।

স্কুলদগী হল্লকপগা রাম্না মাগী উহ য়েংবা চংলকপদা তশেংনা ফ্রিং ফ্রিং চোংলক্লে। লাইরিক, খাতা লাক্কুনা হন্দোকখ্রগা লাউরকই, "ইতৈমা, ঐগী উদি?"

নারায়ণীনা চাকশঙদগী খোরক্লগা হায়রকই, "হায়গে, সিদা লাও।"

"নত্তে, লাকওই। কদায় ঐগী উদি ?"

"সিদা লাকখোদনা, হায়গেনে।"

রাম্না মনাক্তা চংলকপমক্তদা মহাক্তা মখুৎ পায়দুনা ইমুংদা পুশিল্লগা মতম্বাক্তা পমথংলগা মমাইদা, মকোক্তা মখুৎনা নানবিরদুনা হায়রকই, "লৈবাকপোকপা নুমিৎতবু খোংনাং পাম্বী থাবা হৌনব্রনে ?"

রাম্না তপথরদুনা হংলকই, "করিগীনো, করি কায়বগে ?"

নারায়ণীনা মোক্তুনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি য়ুমগী মৌ অহল শিগনিনে !"

রাম্না মিংকুপকী মনুংদা মাইথোং লাংশিন্না হায়রকই, "চৎলো, মীনম্বা বানি।"

নারায়ণীনা মোমোন ভৌনা হায়রকই, "নত্তেনে, মীনম্বা বা নত্তে, পাঞ্জিকাদা য়াউরিবনি।"

"কদায়, পাঞ্জিকা য়েংগে ?"

নারায়ণীনা মপুক্লিংদা খুদোংথীবদা তারদুনা খুদক্তা ইঙক ঙকশিন্নবা উংতুনা হায়রকই,"নঙবু অঙাং মচারনে। লৈবাকপোকপা নুমিত্তদি পাঞ্জিকাগী মমিং পনবা কাওবা য়াদে— নঙ কমদৌনা য়েংলুগদৌরিবনো ? বাকম অসি ভোলা কাওবা থঙই। করে কৌরকউদনা মাবু।"

অসুক হাক্লা পঙবা কাওবসি ভোলাগী মকমদা অমুক কোংদোকখিগদ্রা, চিংনবা অসিন্না রাম্না খুদক্কা মথুং অনি চংহুনা মমাগী মশক ওইরবা মতৈমগী ঙকশমদা কোন্নহুন, মথাদা মমাই লোৎলহুনা হায়রই, "মসি ঐসু খঙই। অহূবু হুন্দোকপ্রবদি দোষ অমুক লৈত্রে, নত্রনে ইতৈমা ?"

নারায়ণীনা মহাক্কী মকোক্তু মথাদা চেংনা কোনশিন্দুনা হায়রকই, "লৈত্রে, দোষ অমুক লৈত্রে।"

মহাক্কী মমিং পীরাংনা থুমহৎলক্লে। খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "হোয়নে রাম, ঐ শিগ্রবদি নঙ করি তৌহৌগদগে ?"

রাম্না কয়া মঙক হাইহুনা হায়রকই, "চৎলো— অহূম্না হায়বা হৌনদে।"

নারায়ণীনা লোন্না মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "ঐদি হনুরে, শিরোইত্রনে !"

হন্দক্তি রাম্না ফাগী তৌরিবনি হায়বা খঙলক্লহুনা মমাই নোনখৎলগা হায়রকই, "নঙবু হনুরৈনিনে ! য়া অমত্তসু তেক্ত্রি, শম অমত্তসু ভৌত্রি।"

নারায়ণীনা হায়রকই, "শম ভৌত্রবসু ঐহাক তুরেলদা চোংথহুনা নোংমা শিক্লগনি। ইক্লজবনি হায়হুনা থোকপ্রগা অমুক হল্লক্লরোই।"

"করিগীনো ইতৈমা ?"

"নঙগী মৈশানা ! ঐগী ইমাবু মঙনা মুংশিনা লোনয়বা ঙমদে, মুমিং চুপ্পগী খৎনৈ, মুমিংতুদা নথোয়না খঙলকনি ঐনা অমুক হল্লকখিত্রবা অহূদদা।"

বা অসি রাম্না থাজদে হায়বদি য়াই, অদুম ওইমমক মপুক্লিংদা চিংনরক্লুনা হায়রকই, "ঐ মতুং-মনাও করিমত্তা হায়রবোই। অদুবু মানা ঐঙোন্দা অদুম্না হেক হেক হায়রিবদি করিগনো?"

"হায়জসনু কৈদোই। মহা ক্নি ঐগী ইমানি, মহাক্ গুরুজনি। ঐবু নঙনা নুংশিরিবা অদুম্না মাবুস্নু নুংশিগদবনি। হায়য়ু নুংশিগত্রা?"

রাম্না অমুক মতৈমগী মথাদা মমাই লোংখ্রে। মকম অসিদা মমাই লোংতুনা শাংলবা চহি তরাহুমদোই অসি লেল্লক্লবনি, মতৌ কমদোম্না মহাক্না অহুক চাউবা মীনম্বু মচিন্দা ঙা থে'কপা ঙমগনি। মসি মহাক্কী মফমদা তশেংনমক শুপওই ওইথোক্কবনি!

নারায়ণীনা পীরাং থ'ংবা খোঙ্গেলনা হায়রকই, "মাই লোংপনা করি কান্নগদগে, খুম্মু?"

মতম অসিমক্তদা দিগম্বরী মশক উৎলরে। চিনবান খোইহি তৈনা হায়রকই, "থবক-ইঙ্খাং লৈত্রব্রা নারায়ণী! ননাও-মুপাগা নোক-খেহনা লৈথোক্লি, নবুকথোক্কী নচাদি অসোমদা হুন্দোক্তুনা লৈরিদনা।"

রাম্না খুদক্তা মমাই নোনখংতুনা য়েংলকই। মহাক্কী মমিং অনিহু শাহিং চাবা শাগী মতৌগুম লংখৎলকই।

নারায়ণীনা নমহুনা মাগী মমাই মথাদা কোনশিল্লগা মমাদা হায়রকই, "অঙাংহু হুন্দোক্তুনা থম্লিবদি কমদৌমনো?"

"কমদৌনবো ? বেস !" অসি হায়রগা দিগম্বরী চংখ্রে।

শান্তিন্দুনা ভাংননবা মীনম্বা বা অমত্তম্বু রাম্না খিবদা ফংখ্রে। মহাক্না নমহুনা মমাই থাঙ্গৎলগা হায়রকই, "হিংচাবীসি ঐ মখোরি মেৎথৎলুগে।"

নারায়ণীনা মাগী মচিন্দা মখুৎনা মেল্লহুনা হায়রকই, "তুম্মিন লৈয়ু অপঙবা, ইমানিনে!"

সুমিং মরিনিগী মতুংদা নোংমা চাক চাবা ফম্বদা 'উঃ আঃ তৌহুনা ঈশিং অনিরক থক্লগা রাম্না চাক-পুখ.চু শং লাক্লুনা লংথোকখ্রগা অগোয় শারকই— "হিংচাবী হনুবীসিনা থোংবা চাক ঐ চারোই, কৈদৌঙৈদম্বু চারোই, মোরোক শাবনা চিনবান পুমশা শারে, ইতৈমা— হো— ইতৈমা—"

লাউবা তাহুনা নারায়ণী লাই থুরুম্বা থাদোক্লুনা চেল্লক্লে।

"করি তৌরবগেনে ?"

রাম শাউখিবনা কপথোরক্লে— "ঐ কৈদৌঙৈদম্বু চারোই, কৈদৌঙৈদম্বু চাবরোই— মাবু তাম্থোকখ্রো।"

অসি ভাংনা ভাংনা নোংথাংমুক মাংনা মহাক মপালদা থোকখ্রে।

নারায়ণীনা নুংবংমনা ভাইহাক লেপ্লুনা লৈরগা হায়রকই, "ইমাদা হন্না হন্না হায়জখ্রবনি, ইঙ্গাংদা মোরোক অহুক য়াম্না থাকপিক্লম্বু, মোরোক অহুক হাক্না চাবদি য়ুমসিদা কনাম্বু লৈতে।"

দিগম্বরীনা মৈগী মুর্ত্তি লৌহুনা হায়রকই,"মোরোক শারিবদি কদায় ? অনিথক্তং শুরগা থাকপনি, মতুদবু অস্থক হাক্লা ইরাং তৌরিবা !"

নারায়ণীনা রারৌহুনা হায়রকই, "থাক্তবস্থ রাবনি মোরোক অনিহু। কনাস্থ চাদে হায়বা খঙলবা মতমদদি—"

"তুম্মিন লৈয়ু নারায়ণী, তুম্মিন লৈয়ু। চাক থোংবা তম্বিরকপু ঐঙোন্দককা, শম ঙৌরক্লবদি মতু তৌরকপদা, হৌজিক ইবুথোকী ইচানুপীগী মফমদা চাক থোংবা তমখিবা তারি। থিগ্রেদকো ঐগী লাইবকসে!"

নারায়ণীনা অমুক করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংলমদনা চাকশঙদা চংলগা নৌনা অমুক থোং-থাক্লবা শিল-লাংলকই।

দিগম্বরী থোঙজিল ময়াদা মথোঙ শং তিংথোক্লুনা ফম্লগা মরাইবক খুহুম্না শুরহুনা খোঞ্জেল রাংনা কপখংলক্লে, "হো ইচেগী ইবুংঙো। কদায়দা লৈবগে, অমুক্তদি থোরকউগবা! অমুক খাঙবা ঙমদ্রে। মচিন-মখা থোকপা ঙাংহুনা ঐঙোন্দা চৈ-থাংলেনে। ঐবু হনুবী। ঐবু হিংচাবী! ঐবু তাম্থোকউ হায়রে। ঐনা অসিগুম্বা ইচা-ইমাগী মচেং চাবা লাক্লি— ঐগী ঙক্তা থুমনবা থৌরি ফংদ্রে। মসিগী শরুকপুদি ভিক্ষা নিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কৈ। সুরো, লাকও ইবেম্মা, ঐখোয় চংখ্রসি, য়ুম অসিদা ঈশিং ফাওবা লৈতোন তংলরোই।"

সুরধনী পেহৌ পেহৌ তৌনা মমাগী মনাক্তা চ ংশিল্লক্তুনা লেপ্লরে, দিগম্বরীনা মহাক্কী মখুং পায়হুনা মপালদা থোকখিগদবগী ভৌরক্লে।

মারায়ণীনা ডাশেম-থাং পোপ থাদরগা লাক্লুনা লম্বী থংভুনা লেপ্লরে।

দিগম্বরীনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "নত্তে, থামগনু ঐখোয়বু নারায়ণী, খিংলগনু। ঐখোয় চরা ছেন্দুনা উখোং-রাখোংদা শিরুবা মহুনা হেন্না কৈ, অহুবু নখোয়গী নচেংদি চাররোই, নখোয়গী ইমুংদা হিপ্পরোই।"

মারায়ণীনা মখুৎ লোয়হুনা হায়রকই, "কনাগী মথক্তা শাউহুনা চংকদৌরিবনো ইমা? ঐখোয়না করি করম্বা ইরাল লংশিনগ্রবগে?"

দিগম্বরীনা থোইদোক্লা হেন্না খোঞ্জেল হৌনা কপখংলক্লে, হিক-হৈবা খোম্থাংনা হায়রকই, "ঐ খোয়ম কোক্রিবা অঙাং নত্তে, নারায়ণী, পুম্নক থঙই। নঙগী ইঙ্গিত য়াউদ্রবদি করিগুম্বদা মাবু অহুক ইচং থৌগদ্রা? ঐ হিংচাবী! এঃ, ঐবু তাম্থোকখো! ফরে, অহুনা চংলবনি। ঐখোয় নখোয়গী অয়েংপনি—উত্তাংবীনি। লম্বী থাদোকউ হায়রিবসিনি।"

নারায়ণীনা মমাগী মখোঙ অনিদা মখুৎনা শোক্লুনা হায়রকই, "ইমা, ঙসিগী ওইনদি ঙাকপিরো। ফরে, মহাক হল্লকখিসনু, অহুগী ভুংদা তৌনিংবা তৌবিয়ু।"

অহুগী মভুংদা মহাক্লা মমাগী মখুৎ পায়হুনা চিংহুনা পুরগা মখোঙ অনিদা ঈশিং থাহুনা হামদোকপিরগা মফি ফিজিনা তৈথোক্লে, অহুগা কালদা ফমংল্লগা হুমাই হুম্নকই।

মাগী অশাউবহ্ মতম অচুগী ওইনা ইংথক্লে হায়বসি মাই অহুবু মুমিং য়ুংবা মতুংদা শ্যামলালনা চাক চাবা কম্মরমকপা মহাক্না খোঙজিন মকুমদা হিক্না হিক্না কপথংলকই। অহানবদদি শ্যামলালনা তিংঙক-মাইঙকুহনা য়েংহনা লৈ, মতুংদা থরা থরা ওইনা খোঁদোক পুম্নমক্কু খঙলক্লহনা চাক-লুক তম্খায় চনবদা ছন্দোক্রমহনা ফুক হোৌগংতুনা চংল্লে।

নারায়ণীনা খঙলে, শাউরিবসি মহাকী মথক্তনি।

নৃত্যকালী থাংবা ঙম্রক্রে। ইমুং অসিদা মহাক্তি ময়েক শেংনা শেংনা ঙাংখোক্তনবা ম শক্তি, থোক হেক হায়দোকউরে, "অবোক-বেম্মা, খঙনা খঙনা তোগে মতাগুম পাবুংবু চাক পীজদ্রেদনা ! নহাকী মিংকী পীবুদি কংউ মাদবনা ওইরম্বা মাই অবোক-বেম্মা, মহ্ নত্রগা মিনিট অনিদং লৈরগা কপ্পিরম্বন্হ্ মাবনি।"

দিগম্বরী মাইথোং মকশিক্লা পাউথুম পীঙমদনা ফমহনা লৈল্লে।

মুংথিল পোবোপ্তা রাম কদায়দনো কোইক্লুরগা হজিল্লকই, কা অমদগী কা অমদা কোইথি থিক্লুরগা মহাকী মতৈমগী কাদা চংহনা য়েংলকই, মহাক গোবিন্দগা হিপমিয়নহুনা লৈরম্মী। থোঁদোক্কু মহাক্লা খোইনা নিংথিনা খঙবা ঙমদ্রে। অহুম ওইনমক তপ্লা তপ্লা হায়রকই, "চাক লাম্লেমি !"

মতৌমা বা ভাংলক্তে।

মহাক্না অমুক থরা বল্লগ্না হায়রকই, "করি চাগদগে ?"

নারায়ণীনা অহুম হিপ্না হিপ্না হায়রকই, "ঐ থগুদে, চংক্রোচো মকমসিদগী।"

"নক্তে, চংলোই— থগুলে ঐবু চাক লাল্লিরোইনে।"

নারায়ণীনা মমাই নৈশিন্নক্লগা য়ারৌবগী মওংদা হায়রকই, "ঐহোন্দা ওংলরমু রাম, নৃত্য নৈবনি, মহোন্দা হায়রুচো।"

রাম্না অমুক করিস্মু হায়রমদনা মপালদা থোকক্লগা নৃত্যকালীবু খিংগা হায়রকই, "চানবা পীরে নৃত্য।"

নৃত্তানা শিন্দুম্না থম্নবা ওইরম্বা য়াই ; শঙ্গোম গিলাস অমা, মুড়ি থর, য়ুবা-লড়ু মরি-মঙা পুরক্তুনা পীরে।

রাম্না শাউরক্তুনা হায়রকই, "অসিথক্তরা ?"

নৃত্তাকালীনা হায়রকই, "বাবু-মচা, অকবা পাম্লবদি ভসিদি ইরাং তৌরুরনু। বাবু চাক চাদনা ওকিসতা চংক্রে, ইমা-বেম্মস্থ চরা হেন্দুনা গোবিন্দগা হিপমিন্নহুনা নৈখ্রে। লাউ-থোংবা তাহুনা করিগুম্বা হৌগংলক্লবদি— নহাক্কী লাইবক্তা অরাবা নৈ হায়বহ হায়বিরিবসিনি।"

রাম্না মহু উরক্লবনি ; অমুক বা মথা তাদনা শঙ্গোম থরা থক্লগা মুড়ি অমম্মুং লড়ু কুপ্পাদা য়োম্নগা পুখ্রি মপালদা উখোংদা ফম্লরে।

মহাক্কী চানিং-থক্লিংবগী অপাম্বা কোকক্লে!

মতৈমা চন্না চেন্দুনা লৈরি।

মহাক্না মপুক্নিং তন্নাং-তশোয়না মুড়ি শায়না শায়না খল্লকই, মুনি-ঋষিগী মতৌগুম করিগুম্বা মন্ত্র অমা খঙলম্বা থোক্লবদি মকম অসিদা ফমত্নুনা মহাক্না মতৈমগী মপুক খলহল্লমগদবনি। অদুবু, মন্ত্র হৈতবনা করি উপায় তৌরগা করি তৌবা য়াগদগে, মদু মহাক্না করিগুম্বা মওংদম্ম লৈপথোকপা ঙমদ্রে। হঞ্জিল্লগা মতৈমবু পীজ-পীথক্লবগীদমক হায়জক্লবম্মু মঙোন্দা ঈকাইবগুম তৌরকই। মতুদা নত্তনা মন্নাস্বস্ম চাদিবনি! হায়জক্লত্নুনবু করি কান্নখিগদগে? মহাক্না কুঞ্জাগী মুড়িমচিংবদু পুথ্রিগী ঈশিংদা চায়থোক্লম্লগা কোইচং চংলকই। মপুক্নিংদা অস্মুম্নদা খল্লকই, 'ইতৈমা চন্না হেন্দুনা লৈরি।' বা অসি মহাক্না মপুক্নিংদা মওং কয়াদা শোঞ্জরক্লিবা অদুকী মতিক মহাকী খম্মোয়দা চক চক থিল্লকই।

অহিংদা শ্যামলালনা মাগী নুপীদা হায়রকই, "ঐ অমুক থাংবা ঙমদ্রে। মাগা লৈমিন্নবা অমুক ঙম্মোইদৌরি।"

নারায়ণীনা ঙক্না হংলকই, "কনাগী বানো হায়বিরিবদুবো?"

"রামগী বানি। নখোয়গী ইমানা ঐঙোন্দা নুমিৎ মরিনি-মঙানি অসি তৎতনা হায়, রাম্না মঙোন্দা শাথীনা ঈকাইবা পী। ঐনা ভদ্রলোক মঙা কৌরগা বিষয়-সম্পত্তি পুন্নমক য়েন্থোকপিদুনা ঙাবু তোঙান্না থায়দোকপীখ্রগে হায়না খল্লে। ঐ অমুক ঙমদ্রে।"

নারায়ণীনা ঙাইশাক ফমহুনা লৈরগা হায়রকই, "রামবু তোঙাম্না থায়দোকপিগ্রগদবা ? রাকম অহু পনবা কাওবা পনবিগনু। মহাক্তি খোমগী অঙাংনি, সম্পত্তি-স্বংপতি ফংলগা কৈদোউগদগে হায়বিয়ু তাসি ?"

শ্যামলালনা করেয়হুনা হায়রকই, "খোমগী অঙাংনি হায়বা য়াই! অহুগা বিষয়-সম্পত্তি ফংলগা কৈদোউগদগে হায়বা অহু মানা খঙলিগনি।"

নারায়ণীনা হায়রকই, "মানা খঙলোই, ঐনা খঙই। অহুবু খঙজরে, ইমানা নঙোন্দা নুমিৎ মরি-মঙানি অসি তঙনা রাকম অসি ইনশিন্দুনা লৈরিবোইরে ?"

শ্যামলালনা হাইফেং নিংহন্নহুনা ঙাইহাক ইক-আক তৌরগা হায়রকই, "নত্তে, মহাক্না করিস্থ হায়দে। মীগীস্থ মমিৎ পাল্লিদনা! ঐ ইশানা করিস্থ উরম্লোই হায়না নঙনা খনব্রা ?"

নারায়ণীনা হায়রকই, "নত্তে, ঐ মহু খঙদে। অহুবু মাগী কনা লৈবগে কনাগা লোয়ননা মহাক তোংঙান চামিন্নবা ? মমা লৈব্রা, নত্রগা মচল-মচে লৈব্রা, নত্রগা মনে-মন্দোল লৈব্রা ? চাক থোংবিহুনা কনানা মঙোন্দা পীজগদগে ?"

শ্যামলালনা শাউরক্লুনা হায়রকই, "ঐ অহু-অদা খঙদে।"

মহাক্না মচিন্দদি 'খঙদে' হায়দোকখ্রে হায়বা য়াই, অহুবু খম্মোয়দদি খঙলিবনি। অস্থক শেংবা অচুম্বা অসিবু খঙলুদনবা লম্বী কদায় ?

নারায়ণীনা করিনো রা অমা হায়গে তৌরকই, অহুবু মহাক্কী চিনবান তনিক তনিরক্লে। অহুনা ঙাইহাক ভুম্মিনা লৈহুনা মশাবু কাথজরগা খোঙেল লূনা হায়রকই, "য়েংবিয়ু, চহি তরাহুমদোইগী মুপীমচাশিংদি লাইকদিবী শামহুনা লৈরিবনি, মতম অহুদা ইমা (ইনেম্বোক) না ঐগী কোকথক্তা অচৌবা সংসার অসি থোনগংশিরগা চিংনবা লৈতনা স্বর্গ কাখিবনি। মহাক্না য়েংলিবনি, পোৎলুম অসি ঐ পুবা ঙম্বরা ঙমদত্রা হায়বা। থোংহুনা পীজবিবনি, অঙাংবু মী ওইননবা শেম্লিবনি, সমাজদা মান-মর্য্যাদা, মরি-মত', সংসার অপুম্বসি কোক অসিদা থোঙ্গৎহুনা চহি কুনতরুক্তা ঙাইরিবৈদা মীয়াই চল্লবী হমুবী ওইরবনি। হৌজিক ঐগী য়ুম্ব'ল্লোমদা করিগুম্বা থুং থিংজিল্লরুবদি তশেংনা হায়জরিবসিনি নঙোন্দা, ঐ তুরেলদা চোংথহুনা শিগনি। মতম অহুদা অমুক হন্না মুপী অমা লুহোংলগা ব'মবু তোঙান্না খায়দোকপিনিংলবস্থু খায়দোকপিহুনা য়ুম্বানবিয়ু, ঐ য়েংবস্থু লাকচরোই, বাস্থ ঙাংজরোই। অহুবু হৌজিক্তি য়ারোই।"

শ্যামলালনা মপুক্লিংদা মাগী মুঁপীবু কৌরক্লে, অমুক রা ঙাংখিদ্রে।

রাকম অহুদা মতাং অসিমক্তদা অহিং অহুগী ওইনা লোইশিনখ্রে!

মথংগী নুমিৎতা নারায়ণীনা রামবু মনাক্তা কৌশিন্দুনা কমহল্লগা য়াম্না মুংশিনা মনঙ্গলদা মথুংনা নানবিরহুনা হায়রকই,

"রাম, মঙ মকম অসিদা অমুক লৈবগী কায়ত্রে ইবুংঙো। নঙ তোঙাম্না কদায়দনো ভোঙান-চাহুনা লৈরুরো চংলো—ঙমগনিদনা লৈবা ?"

রাম্না খুদক্তা মাহুনা খংনোক নোক্লগা হায়রকই, "ঙমগনি ইতৈমা। নঙনে, ঐনে, গোবিন্দনে অহুগা ভোলাদে কৈদোউঙ চংকদগে ইতৈমা ?"

নারায়ণী পাউখুম পীবা ঙমদহুনা লৈত্রে।

মসিগী মতুংদা করি হায়খিগনি মহাক্না!

অহুবু, রাম্না রাফম অহু লোইশিলহনখিত্রে। মহাক হরাওরক্লে, হায়রকই, "কৈদৌঙৈ চংকদগে ইতৈমা ?"

নারায়ণীনা মহুগী পাউখুম পীবদা মহাক্কী মমাই মথাদা লোংশিল্লগা হায়রকই, "নঙগী নতৈমবু থাদোক্লুনা নতোমদা লৈবা ঙম্মোইত্রনে ?"

রাম্না মঙক হাইহুনা হায়রকই, "ঙম্মোই।"

"অহুগা নতৈমা করিগুম্বা শিগ্রবদি ?"

"চো:—"

"চো নত্তে, হৌজিক্তি নতৈমা ঐগী রা তাত্রি— মতম অহুদা খঙল্লকনি।"

রাম্না মানিংদবা ফোংদোক্লুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ নহাক্কী রা তাখিদবগে ?"

নারায়ণীনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ তাগ্রবগে মহু হায়রু ? কয়ারক হায়রবনি, ঐগী ইমাদা ঈকাইবা পীরুমু, অহুম ওইরমক

নঙনা মাবু ঈকাইবা পীবা তোকপা লৈতে। ঙরাংস্থ তৌই। হন্দক্তি ঐ মিংনা উবা মকমদা চংগ্রগনি।"

"ঐস্থ নতুং ইন্দুনা চংকনি।"

"নঙনা কমদৌনা থঙগনি ঐ করম-কালদা চংকনি হায়বা! ঐদি লোম্না চংখিগদৌরিবনি।"

"অদুগা গোবিন্দদি?"

"মাদি নঙগী ননাক্তা লৈহৌগনি, নঙনা মাবু মী ওইনবা শেমগদবনি।"

"নত্তে, ঐ মহু ঙস্মোই ইতৈমা।"

নারায়ণীনা নোক্কুনা হায়রকই, "নঙনা ঙমদবা য়াদবনি।"

মতম অদুদা রাম্না বা পূম্নমক্কু থাজরক্রুহুনা হো হো নোক্লগা হায়রকই, "পূম্নমক হায়শিন্নবা য়াদি। নহাক কদায়দস্থ চংলোই।"

"হায়শিন্নবা নত্তে— অচুম্বনি। য়েংউ, ঐ চংগ্রগদবনি।"

রাম্না খম্মোয়দা মৈশা লাংলক্কুনা হায়রকই, "অদুগা করিগুম্বা নহাকী বা পূম্নমক ইল্লবা, অদু ওইরবদি?"

নারায়ণীনা মোমোন তৌনা হায়রকই, "মহু ওইরবদি চংলোই। নঙনস্থ গোবিন্দবু অমুক মী ওইননবা শেম্নরোই।"

রাম্না হরাওহুনা হায়রকই, "করে, ঙসিদগী নহাক য়েংউ।"

## অহুম

নুমিৎ নিপালনি উপদ্রব অমত্তা থোক্কনা লেল্লে। দিগম্বরীনা মিংয়েং থানা য়েংদ্রে, মহু নত্তে, রাম্না শাউদে। নুমিৎ অহুগী মতৈমগী রা অহু চপ চানা খাজদ্রবস্থু মহাক অকীবদি পোকখি।

অহুবু ঈশ্বরনা তায়োন্ননা তম্লম্লে, অমুক খুদোংথীবা থোক্লে।

ঙসি দিগম্বরীনা মহাক্কী মপাবুংগী মরিদা ব্রাহ্মণ তরানিথোই ব্রাহ্মণ-ভোজন তৌগনি হায়না সঙ্কল্প তৌখি। মপাগী প্রেতাত্মা অস্তক কুইবসি মচানুপাগী য়ুমদা ভুম্মিন্না লৈরম্মী, হৌজিক মচা-মমহাক্কী য়ুমদা চংথোক-চংশিন তৌরক্লে, তশেংনা মঙদা— অহুম ওইনমক মহাকপু পেলহনবা তঙাইফদে!

অয়ুক্তা রাম অঙ্ক খোংলি।

ভোলানা চংলক্লগা ভুম্মিন ভুম্মিন পাঙ্ত পীররে, "বাবু-মচা, ভগা বাগ্দীনা মহাক্কী কার্ত্তিক-গনেশপু ফাননবা নুপা-ঈন পুরক্লে, য়েংলো লাও।"

থরা শুগায়না তমগে। মতম কুইরবা লীরবা রাম্না চাউবা য়ৌ অনিথক ঘাট ময়াদা মতম চুপ্পদা কোইচা চাহুনা লৈ। মীবু মথোয় অনি অহুনা শুপকী কীদে!

রাম্না হায়, মহু মানা য়োকপা ঙানি অমস্তুং কার্ত্তিক গনেশ হায়না মমিং থোনবনি।

লৈকাই অসিদা অসিগুম্বা মাঁশক কনাসু লৈতে মতুদি, কার্ত্তিক গনেশক। কাহেনবা মশক-মগুনগী মরিদা রামগী মফমদগী তাখিদবা, অমসুং মহাক্না হায়জবদা অমুক্তসু য়েংলখিদবা।

মখোয়হুগী থোইদোকপা মগুণ করিনো হায়বা রামদনা খঙই, অমসুং কনানা কার্ত্তিকনো, কনানা গনেশনো হায়বা শুপ্নগী মহাক্তনা মশক খঙই।

ভোলাসু মতম পুম্নমক্তা তশেংবা খঙবা ঙমদে হায়হুনা রাম্না হেক হেক মনা লৈবি।

ভোলাগী পাউ অহুদা রাম খজিক্তা কিঙ্গংতে। মহাক্না শ্লেটতা লুকথহুনা হায়রকই, "অমুক্তং লংহুনা কমদৌবগে য়েংজসনু— ঈন শেগায়হুনা মখোয় চেন্থোকখিগনি।"

ভোলানা হায়রকই, "নত্তে, বাবু-মচা, ঐখোয়গী ঈন নত্তে, ভগানা ডুমশিংগী অকনবা ঈন লৌক্লহুনা পুরক্লে— মতুদি শেগায়বা ঙম্মোই।"

রাম্না শ্লেট থম্লগা হায়রকই, "অহুদি চংসি য়েংলুরসি।"

পুখ্রি মপান্দা লাকপদা উরে, মহাক্না কার্ত্তিক গনেশকী মায়োক্তা তশেংনমক লৌতুনরি।

ভগানা ঘ'ট ময়াদা মুড়ি চাইথরগা মুপা-ঈন লঙ্গদবগী শেম-শাহুনা লৈরি।

রাম্না চংশিল্লরগা মতোন্দা অমুক্তং থক ইল্লগা হায়রকই, "ঈকাই-খঙদবা, মুড়ি খাদহুনা ঐগী ঙা কৌরিব্রা?"

ভগানা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই, "বাবু-চৌবনা রাথং পীরম্লবনি। অতোপ্পা ঙা ফংদ্রে বাবুমচা।"

রাম্মা মহাকী মখুৎতগী ঈন মুল্লগা থোক হৃদোকখ্রগা হায়রকই, "চংলো, চৎখ্রো চংলো!"

রাম্মা হল্লক্লগা অমুক হন্না কাংগ্রু-শেন পায়দুনা ফম্লরে। মহাক্না কনাগী মথক্তস্থ শাউররোই হায়না রাশকখ্রবনি।

দিগম্বরী ঙসি অয়ুক ঙন্ত'না আহ্নিক লোইথোকখ্রবনি।

নৃত্যকালী লাক্তুনা পাউ পীররে, "ঙা ফংদ্রে, অবোক-বেম্মা। বাবু-মচানা ভগা বান্দীবু ফু-চৈদুনা তানখ্রে।"

ঙসি ঙা অনি অদুগী মথক্তা দিগম্বরীগী মীহৌ-মিংয়েং চংলকই। অচৌবা রৌশিংদুবু মাংহনবগী মরিদা লুখ্রাবীগী মপুক্লিংগী কিভম খঙলুবা লুই। মতৌ অদুম্মা মাগী অপাম্বদু তশেংনা মরম্নাইগীদমক্তা নন্ত্রে হায়বা য়াই, অদুবু মশাগী করিগুম্বা থবক অমদা মখুংমক্তা থোংলগা শাগে-জাত ফবা ব্রাহ্মণশিংগী চাকলুক্তা হাপ্পুনা পূণ্য অমম্বুং থাগৎ-রাইহ ফংনিংবগী অপাম্বা নুমিৎ কয়ানিগী মমাংদগী মহাক্তা মপুক্লিংদা লেপচরক্লিবনি। ঙরাং ময়ানুপাগী মত লৌরগা হায়বদি কার্তিক-গনেশকী রাকম মনিল ফাওবা ফংহন্দনা ডুমশিংগী অকনবা ঈন লৌহল্লুদুনা ভগা বান্দীদা শিকি অমা বকশিশ পীবদা য়ানদুনা থৌরাং পুম্নমক মওং পুম্নোই লোইশিনখ্রবনি।

ঙসি অয়ুক্তস্থ ঙা অনি অদু ঘাট ময়াদা চাদুনা শান্নহৌবা উরক্তুনা থম্মোয়গী চিংনবা কোক্তুনা জপ তৌবা ফমখিবনি।"

অসিগুম্না মতম 'অসিদা অরাবা পাউহনা মহাক্কী অক-কন্তা জ্ঞান মাংহনদ্রে।

য়া ক্রক ক্রক চিকপ মহাক্কী হৈনবী লৈ। মহাক্কা থূদক্তা ময়া চিক্তুনা য়ালা রাংনা থাঙ্গংতুনা হায়রকই, 'হাই, ঐগী য়েকুবা। কৈদোঈ তৌগম্না অঙাংসি শিগদগে, ঐ থুয়া তুশিংনা পামবা ঙম্নবা। নোংঙানবদগী চিনসিদা হৌজিক কাওবা ঈশিং লিক্লা অমত্তা তাদ্রিবনি হে ঈশ্বর! নঙনা করিগুম্বা অচুম্বগী মীচং ওইরবদি মাবু অহিং অছম লেলহনবিরন্নু।"

মনাক্তা কমহুনা নারায়ণী ইঙ্গাং শেম্লি। মহাক্কা নোংখাংমুক য়াংনা ফুক হৌগংলগা খংলাউ লাউরকই, "ইমা?"

মচানা মমাবু কৌবগা চাংদম্লিংঙাই করিস্ম লৈতে হায়না তাখি। নারায়ণীনা ঙসি মমা কৌবা অসিস্ম চাংদম্লিংঙাই লৈরমদবা য়াই। মহে য়ক অনিসি হায়তুনা কৌরকপদা দিগম্বরীগী ঈ উন ওনদ্রে।

অহুবু নারায়ণীনম্ন মথা তানা করিস্ম হায়বা ঙমদ্রে। উনা উনা মহাক্কী মিংলু নাপোম অনিদগী পী শিম্হরক্লে।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক মপী তৈথোক্লগা রায়া লাইরিক ওরাইরিবা মকম অহুমক্তদা লাক্তুনা লেপ্লরে।

খোঞ্জেল কম্থা-কক্লম্বনা মহাক্লা হংলকই, "নঙনা ঙগা বাগ্দীবু ফু-চৈহনা তানখিব্রা?"

রায়া চঙক্লহুনা মিংকুপমুক্তং মমাই নোমথংতুনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলকই, অহুগা পাউখুম পীননবা খজিক্তস্ন হোংলদনা অসোমগী থোঙদা থোক্তুনা হৌহনা চেম্হোকদ্রে।

নারায়ণীনা মপুংগী রা খঙবা ঙমদ্রে, হল্লকপগা ভগা বান্দীদু কোইহল্লুরে, অমম্বুং ঙা কাক্নবা য়াথং পীদ্রে।

য়াথং কংলহনা ভগা ঈন পুদুনা চংদ্রে অমম্বুং ইকুই কুইদনা অচৌবা য়ৌ শম শুমাং ময়াইদা পোপ থাদরে।

নারায়ণীনা চাক-শঙগী থোঙজিন্দা লেপতুনা ঙা য়েংলুবদা কোকচাউবী কাররে। চিংনহুনা হায়রকই, "হাই, মহু ঘাটতগী ফারকপদি নত্তেদনা? মহু রামগী কার্ত্তিক-গনেশতি নত্তেকো?"

ভগানা অস্থুক থুনা অস্থুক চাউবা ঙা ফাবা ঙম্লকপসিদা থৈ-শিংবা উংতুনা হায়রকই, "মসি ঘাটকী য়ৌহুনি— মশা ওস্থোক্লা কনদ্রে!"

দিগম্বরীদা মথুং থিন্দুনা মহাক্লা হায়রকই, "হো ইমা ঠৌরানী, মসিমক্তি তাকপিখিবহু।"

নারায়ণী নূংবংনা লেপতুনা লৈদ্রে।

নৃত্যকালীনা রামবু থোইনা য়ানিংবা নত্তে, অহুম ওইনমক ঙাহু উবদা মহাক শাউরক্লে। দিগম্বরীদা হায়রকই, "ফরে অবোক-বেম্ম', লৈকাইগী মী ফাওবা খঙনরিবনি বাবু-মচাগী কার্ত্তিক গনেশকী রা। নহাক্লা করিনি হায়হুনা ঙা অসি ফাহনবিকুরিবনো? পুম্রি অনি-অহুমদা ঙা অতৈ লৈত্রত্রা? মী তরানা চাগদৌরিবনি, মহুদা ঙা অসিমথক্লা কৈদৌনগদগে? লোংশিন্দুনা থম্বিয়ু মসি, কদায়দা চংখিবগে মাবু, হৌজিক য়ৌরক্কুনা তৌক্লরনি!"

দিগম্বরীনা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই "খঙজদ্রে ইবেম্মখোয় অহুক হাক্লুদি। ঙা অমত্তং ফাক্লুবদা ময়াম চংহুনা তৌরক্লিবসি

করি:না য়ে'উদনা! মসিবু লোংশিন্বা থমগদৌরিবা, বামোন্দা পীজররোইদ্রা ?"

নৃত্যাকালীনা হায়রকই, "নখোয়গী বামোম্না চারগদৌরিবদি পুং অনি-অনিমখায়দনি, মতম য়াম্না লৈরি। বাবু-মচা হান্না স্কুল কাখিসনু, মত্থু নত্রবদি ৬'সি কনাম্বু অমুক ফিংলরে'ট। হো ইমা! ভোলা সিদা লেপ্লগনি, মা কদায়দা চংগ্রে ? খঙলে, অদুদি মহাক পাঠ্ঠ পীবা চেনগ্লবনি! করিনোমা ভৌবিরো ইমা-বেম্মা, অমুক লেপতুনা লৈথোকপিরনু।"

ভগ'না শিকি অমা মীংশৌবদগী ঈন রাইহনা পুরকপনি, থৌদোক্কু উবদা নগদ ওইনা লৌবগী আশা থাদোক্কুনা ঈন পুহনা চংখ্রে।

দরকার ওইরকপদ করম্না মতম'া মফম কদায়দা রামবু থিবা কঙ্গদগে হায়বা অদু ভোলানা খঙলমদে। মহাক চেনখিহনা বাগানগী অরাং-চিদায়দা পুংতোন পাম্না মখোঙদা লাক্লে।

রাম উপা অমদা কমহনা মখো'ঙ য়াম্থহনা পু'তোন চারি, ভোলানা শে'র থবেং থবেং হোম্না হায়রকই, "রেংলোলাও বাবু-মচা, ভগান' নহাক্না কাগ্তিকপু হাংলে।"

রাম্না চাবা লেপ্লগা হায়রকই, "তানিংদে চংলো—"

"অচুম্বনি বাবু-মচা, ইমা-বেম্মনা হায়হনা ক'বনি, হৌজিকমু ভুমাংদা তাহনা লৈহৌ ; রেংলুসি চৎসি।"

রাম ফন চোংথরগা চেনখ্রে, অমস্তুং নোংথাংমুক মাংনা চেল্লক্কুনা শুমাং ময়াইদা চপ কেপ্লগা লাউরকই, "এঃ মসিদি ঐগী গনেশনি। ইতৈমা, নহাক্না হায়রুনা ঐগী গনেশপু ফাহল্লবা!"

অসি হায়রগা মহাক লৈমায়দা তুহনা মঙক কল্লবা হামেংগী মতৌগুম মখোঙ ফ্রিং ফ্রিং কাওরক্লে। মৈচাক অদু মহাক্কী মফমদা কয়াগী মতিক চুম্নগে, কয়াগী মতিক থাংঙমদবগে, হুিরম অসিদা দিগম্বরী ফাওবনা চিংনবা লৈরমদবা য়াই।

মহাকপু চাক পীজনবদমক নুমিদাংদা মারায়ণীনা কয়া কয়া চিংথোক-চিংশিন তৌই, রাম্না মহাক্কী মথুং লাক্কুনা ইন্থোরকই অমস্তুং নুমিৎ চুপ্পা চরা হেহুবা তুংদা চখোম মঙা-তরুক চিন্দা ছরুগা মশামকস্থু হৌগংখ্রে।

দিগম্বর না মকুমদা লেপত্তুনা ময়া-নুপাদা হায়রকই, "মহাক্না অমুক্তা হায়য়ু, অদু নল্লবদি নারায়ণী চাক চাররোই, মহাক নুমিৎ চুপ্পা চরা হেল্লক্লিবনি।"

শ্যামল লনা হংলকই, "চরা হেল্লিবদি করিগীনো?"

দিগম্বরীনা কপ্লিংদবনা খোঞ্জেল নৌথহনা হায়রকই, "ঐ লানগ্রবনি ইদুংঙো! অহুবু কমদোনা থঙগদগে হায়য়ু, ব্রাহ্মণ ভোজনগীদমক্তা পুঙ্গিদগী ঙা অমা ফাহল্লুবদা মহাভারত থোকনি হায়বা!"

শ্যামলালনা ভাব তাবা ঙমদ্রহনা কৌরকই, "নৃত্য, করি তৌনরম্গে?"

নৃত্যকালীনা মরুমদগী হায়রকই, "মতু বাবু-মচাগী গনেশনি।"

শ্যামলালনা চঙক্লথুনা হায়রকই, "রামগী কর্তিক-গনেশকী মরক্তা অমরা?"

নৃত্যকালীনা হায়রকই, "হোয়।"

অমুক হায়নিংঙাই লৈত্রে। মহাক্তা কৌংদগী লোইবা কাওবা থৌদোক্কু ভাব তারতুনা হায়রকই, "রামদি চাক চাররিরোইনে?"

নৃত্যকালীনা হায়রকই, "চাদে।"

শ্যামলালনা হায়রকই, "অতু ওইরবদি অমুক চাক চাও হায়রুবগী করি কান্নগদগে? রামনা চাদ্রগা মাবু চাগদ্রা!"

দিগম্বরীনা হায়রকই, "অসিগুম্বা বাথোক ওইগনি খঙলম্লবদি ব্রাহ্মণ-ভোজনগী রাস্থ হৌদোকচরম্লোইদবনি ইবুংঙো! মহাক মশামক্লদি করিগীদমক ঙা কাও হায়বিরুরিবা, করিগীদমক অসিগুম্বা মওংসি তৌরিবা, মতু মহাক্তনা খঙলিগনি। ঐদি তুম্মিন লৈজবনি। অতুম ওইনমক দোষ পূম্নমক ঐঙোন্দা হৈজিল্লবনি। ঐখোয়বু অতু মত্রগনা মকম কদায়দনো খিন্দোকপিরো ইবুংঙো, মকম অসিদা মিংকুপ অমা কাওবা অমুক পন্থবা পামদ্রে।"

ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা মশাগী হৈনবী মতুং ইন্না কপ্পগী খোম্থাংদা অমুক মখা তাথরকই, "ঐগী লাইবকসে মতৌ অতুম্না করিগুম্বা অমুক থীনা তম্নমদ্রবদি অতুগুম্বা ইপৌরাহ্ কদায়দগী

শিখিগদগে। ঐবু চৈ চাহুনা করিগী হিঙ্গদগে? ইবুংঙো, ঐখোয় খোইদোক্পা উপায় লৈজদ্রবনি, অদুনা থুং লোয়রদুনা হায়রিবসিমি, ঐখোয়গী করিনো উপায় অমা তৌবিদবা য়াদ্রবনি।"

শ্যামলাল তৌকম খঙলক্রে, অদুবু, হোয়-মাই করিমত্তা হায়বা ঙমদ্রে।

মকুমদা লেপ্লিবী নারায়ণী মশামক মমামকী ঈকাই-খঙদবা মতৌদা ঈকাইজবনা শিগদৌরে।

মহাক্পা হল্লক্লগা রামগী থিংলিবা খোঙদা থিদুনা কৌরকই, "ঐগী মরম্মোকপা মণি। খোঙ অমুক্তা হাংলকউসে।"

রাম ভুমদে, চেক-মোক লাউদে।

নারায়ণীনা অমুক কৌরকই, "হৌগৎলো, খোঙ হাংউ।"

হন্দক্তি রাম্না লাউদুনা হায়রকই, "নত্তে, হাংলোই, নহাক চংগ্রো। নখোয় পুম্নমক ঐগী য়েক্লবনি।"

"হোয় মদুদা তারেদনা, নঙ খোঙ হাংদোকউ।"

"ঙম্মোই, ঙম্মোই, ঙম্মোই— ঐ খোঙ হাংলোই।"

তশেংনমক অহিং অদু খোঙ হাংদোরকখিদ্রে।

শ্যামলালনা মাগী কা মনুংদগী পুম্নমক তারম্মী, নারায়ণী কা মনুংদা চংলকপমক্তদা হায়রকই, "উপায় অমা শিনগে হায়রগা শিন্নু, মদু নত্রবদি ঐ কদায়দনো চংগ্রগনি।"

নারায়ণী খুমদনা বাথল থল্লকই।

অহুগী মতুংদা নুমিৎ-নিমি-ছমি লেল্লবদস্থ রাম শাউবা হন্দ্রে, মতম অহুদা নারায়ণীগী মপুক্কিংদা শাউনিংবা অমস্থং রারৌবা পোক্লক্লে।

ঙসি সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে, অহুম ওইনমক রাম স্কুলদগী কুম্লক্কবা উবদা নারায়ণী ওনখৎলকপা অশাউবনা তপথবা ঙমখিদ্রে, অসিগুম্বা মতম অসিদা দিগম্বরী তুরেলদা ঈরুজরগা, সংসার 'পূম্বগী পাউ লৌরগা, রামগী অমঙ্গল ওইনবা থৌনিরগা, অহলগী তারোম্নবা বুদ্ধিগী শোয়দনা কংলগদবা ফলাফল য়ুম্লোন-কৈরোম্নবীশিংদা শন্দোক্লম্লগা, অশি-অনা নংবগী মৈশানা মন্নুং-মতম চাদনা চহি ইয়াম য়ামদনা শম চৌথকপগী মরম তম্লগা, মশাবু মচানুপী অহলগী চাউরাক্ল! লেংমান্নবীনি হায়না শন্দোক্লগা, মোপরাগী ·ইমুংদা মতৌ কমদৌনা অম্বপ্পী ওইবম্বগে হায়বগী থাজনিংঙাই ওইবা রারী লিরগা তপ্প-ঙংনা য়ুমদা হল্লক্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদা লম্বী মরাইদা থোদোক অমা তাহুনা মহাক নুংশিংবী মা· থাহুনা য়ুম য়ৌরক্লে।

ঙমাংদা মখোঙ থাংজিল্লকপমক্তদা খোঞ্জেল হৌনা হায়রকই, “নঙগী মগুণ নৈবা ননাও-নুপাগী থোদো তারব্রা নারায়ণী?”

নারায়ণীনা নুংশাথীবনা কুচু ওন্না হায়রকই,“করি থোদোনো?”

দিগম্বরীনা হায়রকই, “মখোয় থানাদা চৎপ্রে। চৎপা তাবনি। অমুক লমহেনবা অঙাংদি ইবেম্মা, অসিগুম্বদি মপোক তরেৎতম্ব ঙজরক্লি! হৌজিক্তি জেল চংলগদবনি!”

মহাক্কী মিংতা মাইথোংদা হরাওবগী ঈথক হৌরক্লে।

নারায়ণীনা রা অহুগী পাউখুম পীদনা কৌরকই, "নৃত্য, চৌজিক ফাওবা হল্লক্রিবা করিগীনো, অমুক্কা ভোলাহু থাক্লচো,— খিহুনা পুরক্লুবা।"

দিগম্বরীনা হায়রকই, "ঐদি পুম্নমক তাহুনা লাক্লবনি।"

নৃত্যকালী তানিংবনা ময়া কাহুনা লেপ্পুনা লৈ, নারায়ণীনা তান্দুনা হায়রকই, "লেপত্তুনা লৈখোক্লত্রা? রাসি ননাদা চংলৈরোই খঙলে!"

নৃত্যকালী তৌফম খঙদনা থোকখ্রে, দিগম্বরীনা খোজেলদা নুংঙাইতবা উংত্তুনা হায়রকই, "কৈদৌরিবনো খঙলত্রা নারায়ণী—"

"মহাক্কী অচোংপা ফিহু হোংদোকপিক্লখো ইমা, অহুগী মখুংদা তম্মু।" অসি হায়রগা মহাক অতোপ্পা মকমদা চংখ্রে।

দিগম্বরীনা চঙক্লহুনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, "অঙকপনি! ইচানুপীগী অশাউবা অসি য়েংউ!"

অহুগুম্বা রাথোক অহু মরিক চুম্না তম্বা কংত্রহুনা মশাগী মপুক কংখৎলক্রে।

রাথোক অহু শম্নপ্পা অসিনি,—খুঙ্গংগী স্কুলদা জমিদারগী মচানুপা অমা তম্লি। ঙসি টিফিনগী মতমদা মহাক্কা রামগা মরৈ য়েংনৈ। হীরম অহু অক্লবনি, অহুনা অচুম্বা পুথোকপা ঙমদহুনা য়ৈনবনি।

জমিদারগী মচ'নুপানা হায়রম্মী,"শাস্ত্রদা ইরি, শ্মশানকালীনা রক্ষাকালীদগী হেন্না চাউই। করিগীনো হায়রবু শ্মশানকালীদি মরৈ শাংই।"

রাম্না বাহু কক্লুনা হায়রম্মী, "নত্তে, শ্মশানকালীগী মরৈ খরমখৈ শাংই হায়বা য়াই, অদুবু অদুক হাক্লা শাংবস্নু নত্তে, অদুক হাক্লা ভাংবনু নত্তে।"

সুমিৎ খরনিগী মমাংদা শেল খায়দুনা রক্ষাকালীগী পূজা তৌখি, মহু রামগী থম্মোয়দা তরং তরং উরি।

জমিদারগী মচানুপানা রামগী বাহু য়ানিংদদুনা মখুৎ তমদুনা হায়রম্মী, "রক্ষাকালীগী মবৈদি অম্নুপশিংদনি!"

রাম্না শাউদুনা হায়রম্মী, "করি, অদুখক্তা? কৈদৌঙৈদস্নু নত্তে। মসিদি অম্নুক শাংই। মরৈ অদুখক্তা ওইরবদি কৈদৌঙৈদস্নু পৃথিবীবু বনবা ঙমমখিগদ্রা? পৃথিবীবু কল্লি হায়দুনা মাগী মমিং রক্ষাকালী কৌরিবনি।"

অদুগী মতুংদা অমুক রা অম-অনি ভাংনৈ, অমস্নং মহুগী মতুংদা কিন্না থিনৈ।

জমিদারগী মচানুপাহু মপাঙ্গল খরা শোল্লি, মরম অদুনা চৈ চাবা মানা হেল্লি। মনাতোম্দগীস্নু নাহি খরা তাখি।

অপিকপা স্কুল অসিদা অম্নুক চাউবা থৌদোক্তি মসিগী মমাংদা থোকখিদ্রি। জমিদারগী স্কুল অদুমক্তদা মহাকমক্তী মচানুপাগী নাতোম্দগী নাহি ভারবা! মরম অদুনা হেডমাস্টর মশামক স্কুল থিংজিন্নগা মচানুপাহুবু পুদুনা দরবার তৌবা চেনখ্রে। হায়রুদুনা কান্নদে, রামলালদি মহুগী য়াম্না মাংজোননা হাংখ্রে।

ভোলান ৎল্লক্লগা হায়ৱকই, "বাবু-মচা থিবা ফংগ্রে।"

ইকুই থুংদনা শ্যামলাল মাইথোং মকশিন্না মমুমদা হল্লকই। ভমাংদা লেপ্লুনা হায়ৱকই, "হাই তাৱিব্রা ? খুঙ্গং অসিদগী য়ুম হোংবা ৩৫ে হায়বা উৱে। থবক তৌদুনা পৈসা অনিদং পুশিল্লকপা ওল্লিবনি, মদুস্মু হন্দক্তি খুং হায়গনি নিংই।"

নাৱায়ণনা অচ-অথক থক্ষম কাদগী থোৱক্লগা উথোঙদা শৌদুনা ফগা শোঙেল শিন্দনা হংলকই, "মখোয় থানাদা চংখ্রবা নত্র ?"

শ্যামলালন হায়ৱকই, "বাবুদি লাইগুম্বা মীশক্তি, অদুনা ওাকপিরকপনি, অদুবু অতৈ ভদ্রলোক কয়া লৈৱিদনা ? মুমিং খুদিংগী অতৌব ৱাথোক অমমম থোক্লক্লবদি কমদৌনা খুঙ্গংসিদা লৈবা য়াদ্দিনগে হায়বু ? ৱামদি কদায় ?"

নাৱায়ণ হায়ৱকই, "মহাক হৌজিক ফাওবা হজিল্লক্তি। কীদুনা চেং ইরম্বা য়াই।"

শ্যামলালনা শকক্ষম হজিন্দুনা হায়ৱকই, "চেল্লবস্মু মাপা অমুক মরি নলয়রোই, চেল্লবস্মু লৈনৱৱোই। মাদি লোম্নবী ইমাগী মচা মনা চীনা ওাংনগনি, মদু কীবদগী মওং অমদা থাংলাক্লিবনি, অদুবু অমুক ওল্লরোই। হৌজিক্তি ইথৱায় হিংনলবা লোংনব তাই।"

দিগম্বরন চাবশঙগী মাঙ্গোলদগী হায়ৱকই, "নশাগী মচানুপাদস্মু হল্ল য়েংবা তাবনি।"

শ্যামলালনা খৌনা ফংলহুনা হায়রকই, "য়েংদবা রাদে ইমা, য়েংবা তাবনি। অহনা হয়েং লৈকাইগী ভদ্রলোক মচা কৌক্লরগা বিষয়-সম্পত্তি য়েন্থোক্লগনি। অদুগা মঙোন্দসু হায়রিবসিনি, মসিগী মরিদা মাগা চাংন-শক্লরবগী দরকার লৈত্রে। মানা অসুম্না কৈ খনবদু তৌরিবনি। মপুগী মচানুপাদা খুৎ থাক্লরিবসি মশানা কৈ খঙহুননি।"

দিগম্বরীনা মপুক্লিংদা য়াম্না হরাওরদুনা হায়রকই, "নারায়ণীনা কৈদোনা মাবু রাকটগদগে— ঐদি উংদা কীবনা থম্মোয় নিক্লিবনি। মথোং-ছক্রবা অচাং, মানা ঐঙোন্দা ঊকাইবা পীবা মতম অদুদা হন্দুনা মাবু ঊকাইবা পীবা, মসি করি লৈবা রানো! ইতোমদা হায়জরিবনি, পুক্লিং! নশাগী ইচ্চং নশানা চাকচগদবনি,— রামগী রাদা ফিঙংলুসু।"

শ্যামলালনা মনেম্বোকী বা অসিদা শৌগংলুবা চমত্রে, মীগী মিংয়েংদা কজরোইদ্রা হায়বগী ওইরম্বা য়াই। হায়রকই, "ওইনিংবা ওইরসনু, মাবু রারকপগী দরকার লৈত্রে।"

নারায়ণী নুংগী মূর্তিগুম চপ য়ুংনা পূম্নমক তারিবনি, বা অমত্তগীসু পাউখুম পীরক্তে। অদুগী মতুংদা তপ্না তপ্না মশাগী মথৌ তৌবা চংত্রে।

পুং অমরোমগী মতুংদা নৃত্যকালীনা চংলক্লগা তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "ইমা-বেম্মা, বাবু-মচা য়ুমদা হল্লক্তে।"

নারায়ণীনা মনা-মনিল মাইদনা হোৎপংতুনা রাবগী কাদা চংলক্লগা খোঙ পৌরোন থাজিনত্রে।

রাম কাংখোলদা তুম্মিন্না কমহুনা করিনো খল্লম্বী, থোঙ থিংবগী মখোলদা খংহুনা মমাই নোমখংতুনা য়েংলকই, মতমনা থোঙ লোনশিনখ্রে অমম্বুং ইমুং কাচিন্দা লীচৈ মচা খরা ভাহুনা লৈ, মহুদগী অমা পায়খংখ্রে।

মহাক খুদক্তা কাংখোলগী অসোম রাংমদা চোংখক্লগা লেপতুনা লৈখ্রে।

নারায়ণীনা কৌরকই, "সোমদা থোরকউ।"

রাম্না মখুং লোমহুনা হায়রকই, "অমুক হন্না তৌজররোই ইতৈমা। হন্দমুক্তদি থাদোকপিরো।"

নারায়ণীনা খোঞ্জেল কন্না হায়রকই, "থোরক্লবদি থোইনা কুবিরোই ; অদুবু থোরক্রুবদি লীচৈ অসি নঙগী ননঙ্গলদা তোয়হনগনি।"

রাম অদুম ওইনমক মচি লেংখিদ্রে, মকম অহুদা লেপতুনা হায়জরকই, "সত্য অদুম শোন্দুনা হায়জরিবসিনি ইতৈমা, অমুক হন্না করিগুম্বা সুমিত্তম্ তৌজররোই, না পায়রবনি ইতৈমা—"

নারায়ণীনা কাংখোলদা লুকখরগা লীচৈহুনা শেং লাউনা মহাক্কী লেংজুমদা কহত্রে, অদুগী মতুংদা শেং শেং নমথা নমথা থাজিল্লক্লে।

অহানবদদি রাম্না থোঙ হাংহুনা চেন্নবা হোংলৈ, অদুগী মতুংদা কাহু থুংনা চেন্দুনা মশা কন্নবা হোংলরকই, মবৈদদি মথোঙ মরাদা তুহুনা লাউ-খোংলকই।

নৃত্যকালীনা মতুং ইন্নহুনা লাক্লগা খোঙনাওগী অহোবদা ঘেংতুনা লৈরম্মী, কপতুনা হায়রকই, "ইমা-বেম্মা, থাদোকপিয়োবা ইমা [illegible] ঐ ইশানা ইরাল মাজরি—"

[illegible]না মণ্ডক চংতুনা হায়রকই, "করিনো তৌরিবহ— অহিং [illegible] ফুগদৌরিব্রা ?"

[illegible]না লৈচৈ অহু লংথোক্লগা হায়রকই, "থম্মোয়দা [illegible]"

## মরি

[illegible] চাক চাবা কম্লি।

[illegible]না মকুমদা কমহুনা স্থর পান্দুনা হায়রকই, "অম্মুক চা[illegible] [illegible]চাদবু অঙম্না ফুরিবা করিগীনো ? মাগী মমাবনা [illegible] [illegible]মিঙম্ মনমদা থুং থাক্রিবনি।

[illegible]না থবক তৌনা তৌনা হায়রকই, "নহাকম্ হন্থবা [illegible] [illegible]-বেম্মা ! অহুগুম্বা বাদ ইমা-বেম্মা লাক্লগা নশানা [illegible]"

[illegible] [illegible]দা অহুক থীনা ফুথিবহু মহাক্লা অশেংনা [illegible] [illegible] তারহুনা মমিং লাওথোক্লুনা হায়রকই, "হিংচাবী [illegible] [illegible] পুম্নমকপু চাগদবগী লাক্লিবনি !"

দিগম্বরীনা শন্দ থোক্তুনা হায়রকই, "ন'রায়ণী, তারো লাও নঙগী মনাও-সুপাগী বা।"

নারায়ণী ঊক্কুজবা চংলম্মী, হঙ্জিল্লক্লগা চোকথনা হায়রকই, "ঙমদ্রে হৈযা, অমুক বা তাবা; শেংনা হায়রিবসিনি নৃত্য-শিরবদদা ঐগী ওরাবা কোক্কনি— অমুক থাংবা ঙমদ্রে। হাই য়োং, থৌজিক কাওবা ননঙ্গলগী চৈকমতু কোক্রি, মরক অসিদা পুম্নমক কাউথোকত্রবা!"

রাম খুমদে, চাক চাতুনা লৈ।

নারায়ণী অমুক করিগুম্বা বা অমত্তা তাংদনা ঊক্কুজবা চংল্লে।

শুমাং মচিদা পুংতোন পাম্বী অমা হৌরি, চাক চারগা রাম মতুগী মথক্তা কাথংল্লে অমস্তুং অশংবনি অমুনবনি য়েংদনা অকং অকংবা থেক্তুনা চিল্লকই। কররম্বনা খিত্তং চাই, কররম্বনা খিত্তং চিল্লগা হুন্দোকই। রাম্না শংলিবা অতুনা অবেম্বদা হেক্তোক্লগা মাইকৈ অমদা অমদা লংথৈ।

মতু উবদা দিগম্বরী মখোইদো থিংলক্লে। নারায়ণী য়ুমদা লৈতে, মহাক্না অমুক থাংবা ঙম্লক্কুতুনা হায়রকই, "নঙগীদমক্তদি সুপামচা, অমুনবা পুংতোন নয়াদা চিক্লবা উপায় লৈতে অশংবশিংতু মাংহন্দুনা করিনো থৌরিবতু?"

রাম্না করিগুম্বা নুমিত্তসু মহাক্কী বা তাবা শুপহৈ হৈমদে। মরু ওইনা, থৌজিক্কা নৃত্যকালীগী মকমদগী চৈ চাখিবগী মরম

খঙহূনা শাউবনা মৈ হৌরিবনি, উথক্তগী লাউথরকই, "ফরৈনি—হনুবী !"

মিঙ্গৌ অসি দিগম্বরীনা খ্বাইদগী হেন্না বারৌই, মচিন পৈখোক্তুনা হায়রকই, "হনুবী ! শেংনা হায়রেদনা ? কৈ, লাকখিসনু মহাক। ছুই-য়েন তানবগুম তালহনগে ! ঈকাই-খঙদবা অঙাং ! চৈ চাহনা নউন খোকথ্রবনি, অহুম ওইনমক ঈকাইবা নাইদে !"

রান্না উথক্তগী হায়রকই, "হিংচাবা হনুবী !"

"হিংচাবী হনুবী ! নচিন মচা অহনা অহুগুম্বা রা পল্লিবা ! ওক্তবা, লমহেনবা, কুমথরকউ হায়রিবসিনি।"

রান্না হায়রকই, "কুমথগদৌরিবা করিগীনো ? নঙগী নপাগী উরা ?"

দিগম্বরী কিঙ্গংলক্লে, লাউ-খোংহনা হায়রকই, "এঃ—ইপা পল্লবা। তারেদনা নৃত্য, তারেদনা ?"

মতম অসিমক্তদা নারায়ণী পুখ্রিদগী কারক্লে। উথক্তা য়েংখংলুবমক্তদা হায়রকই, "চাক চাখোক্লগা স্কুল কাম্রব্রা ? উ কাহনা লৈরেদনা !"

রান্না খল্লম্বনি, উথক্তগী লাপ্পা মতৈমবু উবগা মহাক কুমথহনা চেনখিগনি হায়না। মহাক্লা কীনা হায়রকই, "পুংতোন চারি।"

"মহুবুদি চারে— স্কুল কাররোইদ্রা ?"

"ঐগী পুকসে প্রোক প্রোক চাকইনে !"

নারায়ণীনা মৈ হৌরক্লুনা হায়রকই, "অহুনা চাক চাশিল্লগা পুংতোম অশংবা চারিত্রা ?"

দিগম্বরীনা মচানুপীগী খোঞ্জেল তাবদা খোয়ক্লগা হায়রকই, "ঈকাই-নাইদবা অঙাংশিনা ঐগী ইপা পল্লি ! কুমথগদৌরিবা ররিগীনো— নঙগী নপাগী উবা কায় !"

নারায়ণীমা য়েংথংড়ুনা হায়রকই, "হায়রুত্রা ?"

বায়া মমিং-মমা তুকথত্নন' হায়রকই, "নত্তে ইতৈমা, হায়দে।"

দিগম্বরীনা লাউ খোংলক্লে, "হায়দে হায়বা ঈকাই-নাইদবা ! নুত্তা সাক্ষ্মা লৈ।" অতুগী মত্ু'দা মচিন পৈখোক্লুনা স্মর পান্থুনা হায়রকই, "মুরি' অ'দা ঠ মনম মনম চাবা মতম অতুদদি, অমুক তৌজবারাই ইতৈমা— নখোঙদা তুজরি ইতৈমা— শিগদৌয়ে ইতৈমা—পায়শিল্লে চিঁ চিঁ খোংই, অহুগা থাদোকপগা মখোঙনা কাওই, তৌবিমল থঙদবা শা !"

রাম অমুক থাংবা ঙমদে। মহাকী মখুৎতা পুংতোন অশংবা অমা পায়রি— শং লাক্লুনা লংপ্রে। মহু দিগম্বরীদা পানখিরে, নারায়ণীগী য়েং থংবা পীশুমগী মথক্তা অহুমক্তদা পাক্লু কমা পানপ্রে। মিংকুপ অমরোম মমিং উদহুনা মহাক মকম অতুমক্তদা কমথংখ্র।

দিগম্বরীনা তমথীবা কংনা লাউ-রোংলকই, নৃত্যকালী থবক থাদোক্লমহুনা চেল্লক্লে, রাম উদগী চোংথরগা হৌহুনা চেনখ্রে।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা শ্যামলালনা চাক চাবা হল্লকপদা তমথীবা থৌদোহ্ উরে। নারায়ণী অশিবগী পাংথক ওইনা কমুংদা হিপত্তুনা লৈ, মহাক্কী য়েংথংবা মমিংত্তু পোমখংলিবা অহূনা পূমথন খঞ্জিনখ্রে। মহূগী মথক্তা ফি অচোংপনা য়েংশিল্লগা নৃত্যকালীনা হুমাই হুম্লি।

দিগম্বরী ঙসিদি মরুমদা চংশিনখিদ্রে. মমাংমক্তদা লাউ-থোংহূনা কপখংলক্লে, হায়রকই,"রাম্না হাংতোকপিরে নারায়ণীবু।"

শ্যামলাল চঙক্লখ্রে। মনাক্তা চংশিন্দুনা পোমখংলিবহূ মুম্না য়েংলগা মাগী মুপীদা চেংনা হায়রকই, "ঙসি নঙোন্দা ঐনা শাপ তৌহূনা হায়রিবসিনি— করিগুম্বা মাবু পীজ-পীথক্লবা, করিগুম্বা মুমিত্তা রা ঙাংনক্লরবা—করিগুম্বদা রা অমত্তং তাক্লরবা, মহূ ওইরবদি নঙ ঐবু হাংপা পাপ পু।"

নারায়ণীনা মতু চুংলক্তুনা হায়রকই, "তুম্মিন লৈবিয়ু, তুম্মিন লৈবিয়ু— মহূ পনবা কাওবা হৌনদে।"

শ্যামলালনা হায়রকই, "ঐগী অহূক কনবা রা অসি মঙনা ইন্দ্রবদি মুমিৎ অহূদা ঐগী অশিবা শক উবা ফঙ্গনি।"

অসি হায়রগা ঙাক্তর কৌরুনবা মহাক মশামক চংখ্রে।

মুমিৎ চুপ্পা তুরেল, মপালদা কোইচং চংতুনা, কমহূনা, লেপতুনা ওইথোক্তবা কল্পনা কম্না তৌহূনা লৈরুরগা রাম সন্ন্যাসী

অময়দা লোৎতুনা ময়ুমদ' হল্লক্লে। উরে, শুমাং ময়াইদা য়ানা শঙ্গল থাহুনা শক্লক অনি থোক্লম্লে। নোমহুনা য়েংই, য়াম্না চেংলি, থুদেকপা ঙমদে। চাকশঙদা মৈ থাল্লি, তুম্মিন-তুম্মিন চেপথহনা য়েংলকই, মফম অহদম্ব ফিভম অহুমক্লি। মনুংদা কনাম্বু লৈতে, শুপ্পগী শেঙ্গেংগী কোল মপৈ অমা লৈমায়দা 'ভাহনা লৈ। থোদোক্লু করিনে হায়বা ভাংদাংবা খঙবা ঙময়বস্থু অযুক থোদোক্লুগা কমদোননো ম র লৈনবগুঙ ভাবনা শারক্লুনা মহাক্কী থম্মে'য কাহ'লক্লে।

মতম অহুদা হন্দোরক্লুনা মহাক্কা তুম্মিন্না মশাগী কাদা চংলক্লগা ফমহুনা যুমগী অসোম থংবা নাবলগী মওং-মতৌ শামিল-নুংমিল ভারকহ।

মসিগী মমাংদা মঙোন্দা চাক য়াক্লা শাম্বা ফাওরম্বনি, হৌজিক মহাক য়াফম অহু ফাওবা কাউথোকখ্রে।

মতম অহু অহিংগী পুং মাপল তারয়গনি, মহাক্কা কোইথোক্লুনা চংলগা নাকলগী থোঙদা থিল্লুবমক্তদা ওুত্যকার্লনা থোঙ হাংদোরক্লগা হন্দোক্লুনা লেপখ্রে।

য়াম্না হংলকই "ইতৈমা কদায়দা লৈবগে নুত্য?"

"কাদা হিপ্লি।"

য়াম্না ইমুংদা চংবদা উরে, মতৈমা ফমুংদা হিপহুনা লৈ, অমস্মুং মখাদা ফক থাহুনা দিগম্বরী মচানুপী অতোম্বীগা ফমহুনা লৈ।

দিগম্বরীনা মচানুপী অতোম্বীদা থক ইল্লগা হায়রকই, "সুয়ো, ভম্মোদনা নঙগী নতৈ-ইবুংঙোনা করি হায়রম্বগে মাবু।"

সুরধুনীনা চিনফা থিবগী মতোংগুম ত্রং ত্রং হায়রকই, “ইতৈ-ইবুংঙোনা হায়রম্মী, নংাকপু সিদা চংহনগনু। হয়েং অযুক পুংমক— করিনো ইমা?”

দিগম্বরীনা হায়রকই, “বিায়-সম্পত্তি।”

সুরধুনীনা হায়রকই, “বিায়-সম্পত্তি হয়েং য়েন্থোক্লগা পীগনি।”

দিগম্বরীনা হায়রকই, “শাপ তৌথিবগী র কম? তম্মোদনা— হাই লোন্থোক্লবী।”

সুরধুনীনা হায়রকই, “ইতৈ-ইবুংঙোনা শাপ তৌখ্রে হৌদা, —চাকস্ন পীজগনু, রাম্ব ঙাংনকনু— ইতৈ-ইবুংঙোনা হায়রম্বনি।”

নারায়ণীনা কমুংদগী ধমকা তৌহনা হায়রকই, “হরে রারে রারে, নঙ ভুম্মিন লৈরো।”

মতম অদুদা দিগম্বরীনা হায়রকই, “মসি অচুম্বনি মুপামচা! নঙনা মীবু তম্মায় হংংলেদো— মহাক্না শাপ তৌদনা করি তোগনি! ঐদিনে ইবুঙ্গো, মঙোন্দা দোষ করিমত্তা পীক্লবা ঙম্লোই— মহুদা মনা থরমথে ঙাংজরবস্ন। য়ুম অসিদা নহাক চংথোক-চংশিন তৌবা, চাব থকপা অমুক য়াররোই। মাবু মপুরোইবগী রা ঙাক্লরোইদ্রনে?”

সুরধুনীনা হায়রকই, “ইমা, চাক থাংদোকপিররো, চংলসি।”

দিগম্বরীনা শাউরংনা হায়রকই, “চপথখো মুপীমচা।”

রাম মতম অদুদম্ন কমহনা লৈরি; অসিগুম্বা ফিভম অসিদদি য়ুম-কৈ নৈ চাক্লবম্ন মহাক তৌগংপা ঙম্লোই।

রামগী থম্মোয়দা কাজিল্লিবা কপ্লিংবনা মকোক্তা চক চক থিল্লক্লে, অহুবু অমুক্তী দিগম্বরীগী মচিন-মথা পৈবা নাকোং খোংবা থাঙাংহনা মহাক্কী পুক্তা নুংগী মতৌগুম কৈগাক কৈনা থিংহনা লৈরি। অতুনা মহাক অমুক্তসু কপথোকপা ঙমদ্রে, অমুক্তসু রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে, 'মতুং-মনাও তৌজররোই ইতৈমা!' রা অসিনা কয়ারক হৈরা অরাবা শুদোংগীবদা মহাকপু কনগ্রবনি— ঙসিদি মতুমক হায়দোকপা ঙমগ্রহনা মহাক শোর ফুনগংলক্লে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা নারায়ণীনা রামা চোকথবগী মওংদা হায়রকই, "সুরো, চংগ্রো হায়মু মঙোন্দা।"

হন্দক্তি মহাক্কা বপ্লিংবা থাংহনা হায়রকই, "চংগ্রো হায়মু মঙোন্দা! ঐ চাক লাম্লিরোই থঙলে! ঙসাইদি ঙন্তা চাখিবনি!"

নারায়ণীনা হাইকেং ফিজ্ঞংনা হায়রকই, "পুমহাং হাংতোকপা ঙমগ্রব্রা? অহ ওইররদি থুং তরা চংহনা চারমগদবনি! ঐ শঙদে— চংগ্রা নুতাগী মনাক্তা।"

"চংলোই নুতাগী মনাক্তা। ঐ কনাগী মনাক্তসু চংলোই— ঐ চনা কেন্দনা হিপতুনা লৈরুগনি।"

অসি ঙাংনা ঙাংনা রাম মথেংঙ চুং চুং থাংহনা যুম 'পুম্বা নিকহন্দুনা নশাগী কাদা চংলগা হিপগ্রে।

নৃত্যকালীনা অচা-অথক থরা পুহনা লাক্লগা হায়রকই, "বাবু-মচা হৌগংলো, চাথোক্লরো।"

ৱাম্না শাউতুনা ফন চোংখংলক্লে,— "চংশিত্রো চংলো, ঈকাই-খঙদবী— চংত্রো চংলো।"

নৃত্যকালী অচা-অথক খম্নম্লগা চংত্রে, ৱাম্না পুখম, গিলাস শ্রেং শ্রেং লাউনা শুমাংদা লংথোকত্রে।

অয়ুক্তা শ্যামলালনা থবক চংত্রবা মতুংদা ৱাম্না মশাগী শুমাংদা হঙ্গৎ-হন্দা চংনা চংনা ঙাংলকই— "ঐ শাপ-নুং ফাজদে! ওঃ অকনবা শাপ! মানা করি থোক্লহনা শাপ তৌৱিবা? মাবু ঐগী পোকমিন্নবা ইয়াম্বরা? মাগা করিস্ব থোক্লদে, মাগী মৱা ঐ লৌদে। ঐনা মংঙোন্দা থাত্রা? হন্নুবী হি চাবদা থাবনি। মহুদি শোয়হনা ইতৈমদা পানখিবনি, অহুদম্ব মখোয়না করিগী শাপ তৌৱিবা।"

হায়রিবা বাশিংসিগী পাউখুম কনানস্বু পীরক্তে, ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না খোঙ্গেল ওন্দুনা হায়রকই, "পেরেননিনে! করেননিনে! বা ঙাংনত্রবনিবা, চাক পীজত্রবনিবা। ঐ মন্দা নুংঙাইনা চাক থোঙ্গনি— চাক, হবায়, অহাও অহাওবা ইঙাং, ঙা—ইতোমদনি, পুক থন্না হাওনা চাগ'ন। ঐঙোন্দা কৈদৌজরনি!"

বা অমিগীস্বু কনানস্বু পাউখুম পীরক্রে।

মতম অহুদা মহাক্না চাকশঙদা চংলগা পুখম, তেঙ্গাং থুজায় খেঙ্গায়নহন্দুনা পোং-গাং তৌরকই। চৈ-থাংহনা মহাক্না ঙোলাদা চেং-হবায় চামথোকলুনবা, ইস্থাং শেম্নবা বাথং পীত্রে।

পুম্নমক নৃত্যকালীনা চাকশঙদা থনম্লবনি।

ম্বাম্বা তোঙাদা মাথং পীরকই, "নঙদি ঐগী মীরাইনি, অসোমগী মমদা চংলুদু। অসোমগী মমগী কনাগুম্বা অমত্তং মাইকৈ লোম্নদা চংলক্লবদি মখোঙ শুদেকনবনি— থঙলেদনা তোঙা, নৃত্য লাকসনু অমুক্তা মাইকৈ লোমদা!"

নাম্বারণীনা চাকশঙগী মাঙোলদা তুম্বিমা কমহুনা তাদি।

দিগম্বরনা মপুক্কিং লাংতক্লরক্লুনা মরক মরক্তা থাজিল্লিবহুগী অহোবদা লেংলি। ঙাইহাক লৈরগা হোৌগংতুনা মচানুপী অহলগী মনাক্তা চংলক্লগা শোক্লিংবা থা হুনা স্থ স্থ তৌহুনা হায়রকই, "ওন্থোকপনি, অঙাংসিবু করি বুক্কিনো। মাবু অহাওবা ইল্লাং থোংহুন। চাগদৌরিবা। পিথাহগী তেকচাও অমদা চেং মঙক য়ৌনিংচিং তজিন্দুনা থোংলি— মহুদা ঈশিং তপশিংদা হাপ্পি। মী অমথক্তা চাগদবনিননা, থোংবনা মী তম্বাগী, মহুবু ঈশিং অহুথক্কগী থবক্রা। অতুগা থোং-থাকপগী কোক লৈ হাম্লবা শাদি। চাক থোংই হায়বা মাই ঐখোয়সু, অহুবু কোক শিজিন্নবদি থঙজদে! চাক থোংই, মদি কোক হংপ্লি, অমুক হন্না য়েংলুবিংঙাই লৈতে— মিং তুইশিন্দুনা শোৌহল্লিবনি! কদায় ঐগা চাকথোংবা তৈবা তাম্নসি! কনাগীনা হাওবগে য়েংনসি।"

নাম্বারণী মমাই লৈত্থোক্লুনা লৈপ্লে।

নৃত্যকালী মনাক্তা লৈ, মহাক্তা হায়রকই, "অবোক-বেম্মগীদি রা অমত্তনি ! মা'বু মশানা ঈশিং খুজায় অমত্তং শোক্কংলুরগা থকচপ্রবরনে, ঙসি মশানা চাক থোংহনা চাগদৌরিবদি?"

মহাক মতম কুইরবা মীনাই নুপীনি, অসিগুম্বা থোওং অসি মহাক পায়ক্রবনি।

মমাগী মনাক্তা সুরধুনী স্নু মরক মরক্তা চংশিন্দুনা খাজিল্লিবা অহুগী অহোবদা য়েংলি।

পুং অময়োমগী মতুংদা মহাক্তা চেম্থোরক্লগা মচেগী মখুং পায়হনা চি থোক-চিংশিন তৌররে — "হো ইচে, য়েংলুসি লাও — ইতৈতোন— ইমা-ও। ডগেংনা চেং পুমচং চংলিবা চাক্কু চারেমি! করিম্নু য়াউরে ইচে— ঙপ্পগী চাকথক্তনি, করে ইচে, চেং চংবা চাক চাবদি পুক নুংঙাইরোইদবা নত্রা?"

মহাকী মখুং কম্থোক্লগা নারায়ণী হৌগংলগা ফমুংদা চংহনা হিল্লরে।

রাম্না কয়া রানা, কয়াগী মতিক চাক লাখহনা অহুগুম্বহ চারিবনো হায়বা রাকম অদু মহাক্তা খঙদবা লৈখিদ্রে।

নুমিং য়ুংবা মতুংদা শুম্মলালনা চাক চাবা লোইপ্রবদা দিগম্বরীনা বৌথোক-কৌশিন তৌরকই,— "অয়াবা থরদং, চথোম অরিদং চাথোক্লরো নারায়ণী! অশোকপহুগী চৈনাখোলনা

অমাবদৌনা তৌরিবমি,— মওদা মোংপদি মাগজ্রদো। ঐনা হায়রিবসিনি, করিস্নু অকায়বা লৈরোই।"

নারায়ণীনা অথাবা চাদরদু মকোক কাওবা চিংথংদুনা গুপচিন্দুনা নিংথিনা হিপ্লগা হায়রই, "ঐবু অমুক ওংপিররন্নু ইমা, নখোয় চাথোকউরো।"

দিগম্বরীনা হায়রকই, "চাক চারবোই হায়রগনা তল অনিদং হৌবিরকউরা— মহু নত্রগনা—"

নারায়ণীনা হায়রকই, "নত্তে, করিস্নু তৌবিরুম্নু।"

দিগম্বরীনা ঙক্লুনা হায়রকই, "অদুনা অমুক করি য়াদো? ওরাংদগী নঙ চরা হেল্লক্লিবনি, ঙসি চখোম অনিদং চাদবা করিগী য়াগদগে?"

না'রায়ণী খুমদে।

নৃত্যকালীনা চংলক্লগা হায়রকই, "কায়দবদা ঙাংদুনা শিরগনি অগোক-বেম্না! মকমসিদা লেপ্লুনা নুমিং চুপ্পা লাউ-খোংদুনম্নু ইমা-বেম্মা চাক চাও য়ারোই। মশা ঙমদবনি, ঙাইহাক্তা তুমহনসি।"

দিগম্বরী চংশ্রে. মসি ঙাংলা ঙাংনা চংখি,"খঙত্রে ইবেম্মখোয়, শোক-পল্লবদি থরমথৈ অনাবা লোয়বনি, মহুনি হায়দুনা মীওইবনবু চরা হেন্দুনা তুহনা লৈগত্রা? ঐখোয়দি ঙমজদে।"

নুংথিলদা নারায়ণী অমুক চাকশঙগী মাঙ্গোলদা খোরক্লুনা ফরে, অমস্তুং নৃত্যকালীগা মিংচায়রুবা অহুকা মথৈ করি য়াদো হায়গে হায়গে তৌরগা তোকখি।

রাম স্কুলদগী হল্লকুনা মখোং-মখুং হামদোক্লগা রোকাপগী মুড়ি-মুংলি লৈরকহনা পুরকই। মহু চানা চানা চখোম চাউরা মহাক্না হায়রকই, "করি অমুক অমাংবা লৈগদগে ঐগী? চাক চাখোক্লগা স্কুল কারুয়ে, কুমকপগা অমুক অহাও-অথুম করা চারি।"

শগুল বাংমদা ময়াম পুম্মক লৈ, মহু মহাক খক্তই, অহুমু অমুক্না মতৌগুম হৌজিকসু কনানসু পাঙ্গুম পীরকবা অহদা মহাক অমুক খোইশাউনরক্লে। লাউ-খোংহনা হায়রকই, "মাইরৈ অসিনা ঐগী সীমানানি। করিগুম্বা মুমিত্তা নৃত্য নক্লগা কনাগুম্বনা করিগুম্বা ঐগী সীমানাদা চংলক্লবদি হেক্তা মখোং থুদেকখবনি।"

খোং থুদেকপগী কীহনবসি মহাক্না মমাংদসু উংগ্রবনি, মতম অহুদসু কল কংখিদে, হন্দকসু কল কংদ্রে। কনাগুম্বনা কীত্রা হায়বা খঙবা ঙমদ্রে।

মক্ষ্যা মতুংদা রৈ থাজংলগা মহাক্না চাকশঙদা চংলগা লাউরকই, "ঐগী শীংদি কদায়, ঐ করিনা চাক খোজদগে? মসলা তক্লবা নুংকালদি কদায়, ঐ করিদা মসলা তক্লদগে?"

অসোমগী কাদগী নৃত্যকালীনা থুম্লকই, "ইমা-বেম্মনা হয়ে, নুংকাল লৈরগা পীরকনি হায়।"

"নক্তে, ঐ মীনা লৈবিবা নুংকাল পামদে।"

অসি হায়রগা মহাক কপতুনা কা অহু থাদোক্লুমা চংখ্রে।

ভাইহাক লৈরগা হল্লকগা হায়রকই, "করিগীনো ঐগী গনেশপু কাইখিবা? করিগীনো, মনাভোন খোংনা খোংনা ভাংহনা হক্লুবী অহুনা মচিন পৈরিবা, মতিক চাখনি চৈংহ— মা শিরগা হয়েংমুকী মপোক্তা চুভ সুপী ওইরৌরিবনি।"

দিগম্বরীনা মখিং কুকেং কুকেং তৌহনা হায়রকই, "তারেদনা নারায়ণী, তারেদনা। মসিবু থৌলৈতনা থৌখিহনা খংমবা হোবা নত্তা?"

নারায়ণী চুখিমা অসোমদা মমাই ওংস্থাক্কুনা লৈ, মাইকৈ অদোমদা অহুম য়েংহনা লৈরে।

## মঙা

মথংগী নুমিৎতদি রামগী রাঙাং-শাঙাং হোংরে। নুমিৎ নিনি মপুংফানা হৌরে, মইতবনা কৌদে, ঙাংদে, পীজদে, অসিগুম্বা মঙং অসি মহাক্না মাগী অমাম্বা উখিদ্রি। ঙসিদি মহাক তশেংনা অকোবা পোক্লক্লে। অহানবদা চাকশঙগী মাঙ্গোলদা কমচুনা মহাক্না মঙং কয়াদা মথক-মখা শন্নদনা ঙাংলকই। অমুক হায়রকই, 'হৌদোংদা থাগে হায়হুনা পুংতোন লংখিবনি;' অমুক হায়রকই, 'থুং নাহোক্কুনা ইতৈমগী লাইবক্তা শামখিবনি;' অমুক হায়রকই, 'অশংবা পুংতোন লংথোকখিবনি।' অচূগী মতুংদা অমুক হায়রকই, 'মহাক্না কনাদস্থ চৈখিদে;' অমুক হায়রকই, 'গোবিন্দদা চৈখিবনি;' অমুক হায়রকই, 'ভোলাদা চৈখিবনি।'

অচুবু মচুম্না কনা হায়হুনন্থ কয়িন্থ কামরে। অসোম খংবদগী কনামন্থ পাউথুম পীরক্তে, য়ানিংদবা কোংদোরক্তে, হোয়-মাই রা অমতা হায়রক্তে।

অমুক্তি মহাক্তা য়াম্না রানা থোংনচনা 'অমুক মম্না করিগুম্বা হুমিংতম্ভ তোঙরোই' হায়দোকপ্রবা ফাওবদা ফল ফংজে, মতম অচুম্বা মহাক লৈমিম্না কপ্লক।

করি উপায় তৌরগা কমদোনা মহাক্তা মতমবু পেলহনগদগে !

মতৈমখোয়না মহাকপু তোঙাপা থাবাদাকপিরে, অদুগি মহাক করি চাগদগে ? কনাগী মনাক্তা কমদোনা মহাক লৈগদগে ? করিগুম্বা মাইকৈ অমত্তুদম্ভ মহাক্তা কখংকম লৈরায় ভুবা ফংদে। মসিদি মহাক চাক থোংনবা হোংনদে, মাগী কান্দা চংলগা হিংলক্লা লৈরগ।

লোম্না কপমনবদগী নারায়ণী চৌমিনা অহিংদগী মখা হুম্লক্তবা ওইরম্বা য়াই।

মংথিলদা দিগম্বরীনা শঙ্কোম গিলাস অমা পরকগা হায়রকই, 'থক্তবা যাদে। চাদ-থক্তনা শিরগে হায়রিব্রা ?"

নারায়ণীনা য়ানিংদবা উংতনা শঙ্কোম গিলাস অদু লৌগনা থক্তিক্তং থক্লগা থাংথক্তনা গম্লগা মমাই ওস্তোক্লনা চিপগ্রা। "কিংদে হায়তনা অমুক থেংনকুবা কাওবা মহাক্কী থম্মোয়দা হ জাইরুকপগুম চৌই।

অহিং পুং মাপল তাপ্রবা মতম অদুদা নৃত্যকালীনা চংলক্লগা হুম্মিম্না হায়রকই, "ইমা-বেম্মা, বাবু-মচাগী করিগুম্বা মনা-মনিল অমত্তা তাখিদ্রে— অহিং য়াম্না থেংলে!"

নারায়ণীনা মপুক্তিং চরাং-চথক্তনা চৌগংতুনা কম্লগা কপ্লক্লে, হায়রকই, "ঐগী ইবেম্মা নুংশিবী, অমুক্তা য়েংলুচো, য়ুমদা লৈত্রা লৈতব্রা।"

নৃত্যকালীগী মথিং পীনা ধুমহংলক্লে। মপী ংখোক্লগা হায়রকই, "ঐ চংলুবা হঙ্গোই ইমা-বেমা!"

অসি হায়রগা মপালদা থোকঞ্জগা মহাক্না ভোলাবু কৌরে।

ভোলানা পাউ পীরে. "বাবু-মচা ইমুংদা লৈ, তুম্নি।"

নারায়ণীনা রা ঙাংদনা মথুং লোয়হনা লাইবক্না শোক্লগা চাদর চিংখৎতুনা অমুক হিপখে।

মথংগী নুমিংতা নোংঙান্দ্রিংদগী মহাক্না ঈকুজরগা চাক থোঙ্গংলে।

চাক থোংবা শ্বায় চনশিল্লক্লে. মতম অতুদা দিগম্বরীনা য়াঙৌরকপদা তেৌরু উবদা ঙকপনা থম থেংদা খোঙ্গেল য়াক্লগা হায়রকই, "নঙ ংবিব নক্না নারায়ণী? নুমিং তুম্নি চাক চাবক্লিবা নক্না? অদক মখ্রিংঙদা হৌগৎতুনা ঈকুজকুরগা তৌরিবসি কবিনো হংনিংই?"

নারায়ণীনা ইচম চম্বা খোঙ্গেল তপ্না হায়রকই, "চাক থোংলিবনি. উরিবসিনি।"

"মহুবুদি উই. অহবু মচ কবিগীনো? কবিগীনো খঙনিংই? নঙ ঐগী থুং চারবোই হায়রিব্রা?"

নারায়ণীনা পাউথুম পীদে, থবক তৌহনা অহুম লৈ।

ঙরাং নুমিং চুপ্পা রায়া রাকম অসি থল্লম্বী,— কনানা খঙগনি ইতৈমা কয়া থীনা শোকপগে! অশংবা পুংতোন অমা

পায়হনা মরাইবক্তা হয়া হয়া ওহনা যহগী চৈনা:বো:ল কয়া যাগ্না কনখগে হায়বা খঙমনবা হোংনখি, মবৈদা খল্লম্মী, কয়ি তৌরগা কত্তবা কর্ম্ম অহুগী দোষ কোকপা যাগদগে হায়বা। খয়া খয়া যাগী মপুক্কিংদা নিংশিংলকখি, মতম খরগী মমাংদা মতৌমনা মহাকপু মকম অসিদা লৈতনবা হায়খি। মমৈখংদা লেপ্লম্মী, মহাক্কা কদায়দনো চংলবদি মতৌমনা হয়াওগনি। মহাক্কা যামাগী মযুম তারকেশ্বরগী মাইকৈ অসোমদনি, অহুম ওইনমক মকম কদায়দনো হায়বা অহুদি তাংদাংবা খঙদে। মকম অহুবায়দা থিক্লগনি হায়না মপুক্কিংদা সঙ্কল্প তৌহনা মহাক কি মযোম মচা অমা য়োম্লগা নোংঙানবা ঙাইহনা কমহনা লৈখি।

নারায়ণীনা চাক থোংবা লোইরগা পুখম অমদা অচা-অথক পূম্নমক শেমগংলি।

মতম অসিদা তো:লানা থোঙজিন মযাদা চংলক্লগা কৌরকই, "ইমা-বেম্মা!"

নারায়ণীনা লৈথোরক্লুনা তোলাদা য়েংলগা হায়রকই, "করিনোনে, তোলা?"

মুমিং খরনি অসি মহাক্কা মপালদা যণগী সেবা তৌই হায়বা যাই, অহুবু যামবু কৌবদগী ইমুংদা চংলক্কে।

তোলানা তপ্না তপ্না হায়রকই, "তুম্মিন্না হায়গদবা বা অমা লৈ, ইমা-বেম্মা।"

নারায়ণী মনাক্তা চংশিল্লকপমক্তদা তোলানা তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "নহাক্কা হায়খিবহ তৌরগনি ইমা-বেম্মা, করিঙ্ঙবা লুপা অনিদং পীখিগ্রবদি।"

নারায়ণীনা তাব [illegible]
কনাদা পীৎে।

ভোলানা হাইকেং ওকপা হায়রকই, "মহাক্তা বাবু-মচানা সিদা লৈরদ্রে চংবদ্রো হায়বিবিদনা! মহাক চংলু হায়বা যারে—করে, লুপা অমি লক্ষরদ্রে লুপা অমদি পীয়ু।"

নারায়ণী মপুক্কিং লাংতক্লরক্লে, হায়রকই, "কদায়দা চংলু হায়বা যারিবনোনে? মহাক কনায়দা লৈহৌবগে?"

ভোলানা হায়রকই, "মপালনা উখোঙদা লেপতুনা লৈহৌই। তারাকেশ্বরগী মাইকৈ অদোমদা বাবু-মচাগী মামাগী ময়ুম লৈদনা!"

"চংলো ভোলা—থুনা কৌহনা পুরকউ—ঐনা কৌই হায়য়ু।"

ভোলা চেন্নুনা চংখ্রে, নারায়ণী চপ লেপতুনা লৈ।

ইকুই কুইদনা রাম কি ময়োম মচা অমা পায়হনা মনাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লরমক্লদা নারায়ণীনা রা ঙাংদনা মহাকী মখুং পায়হনা ইমুংদা চিংশিন্নুনা পুশিনখ্রে।

লাপ্লা দিগম্বরীনা রাম চাকশঙদা চংখিবা উবদা চিংনবনা থরক্লুনা পর-পরপ ইমুংদা চংলকপদা উরে, চাকলুক মমাংদা নারায়ণীগী তম্পাক্তা কয়হনা রাম মথাদা মমাই লোৎহুনা লৈ, অমস্তুং মহাকী কোকথক্তা, মনক্লদা অতোপ্পা মীশক অমগী পী নোং মরিগী মত্তোঙ্গুম শিন্থরি। চঙকহনা ঙাইহাক য়েংহনা লৈরগা হায়রকই, "ওঃ— অহনা অহক য়াম্না থোং-থাকপ্লনিদনা! পীরপ্লদবগী ওইবিনি থওলে! ঐগী ইমা-মপানা অহক লুবা শাপ তৌথিবদায়, মহু তাউথহনখ্রেনিনে?"

নারায়ণীনা মমাই নোনথংলক্লগা হায়রকই, "তাউথহনগদৌরিবা করিগীনো ইমা, মহাক্তা বা ঐনা থৌওইদবা তৌদে, থুমিং হুন্নি ঐ চাক চাদে, মাবুস্থ পীজদে।"

দিগম্বরীনা খোজেল য়াক্লা হায়রকই, "মসি ওইরিনিনে? থৌওইদবা তৌদবা, অহুদি তৌরিবহ্ন করিনো? খঙলে, শাপ তৌখিবা মহাক্তা য়াথং ফাওবা অমুক্তস্থ লৌরোইদৌরিবনিনে?"

নারায়ণীনা অকনবা চৈথেং অমা খাংলগা শন্নগ্না হায়রকই, "ঐ য়াথং লৌরবনি।"

দিগম্বরীনা থাজবা ঙমদ্রে। থোইদোক্লহুম শাউহুনা হায়রকই, "ঐ অঙাং নরা নত্তে নারায়ণী। য়াথং লৌরবা, অহুগা ঐ খঙবা ফাওবা খঙলোইদবা?"

চন্দক্তি নারায়ণী অমুক খাংবা ঙম্রক্রে। মহাকুস্থ খোজেল কন্না হায়রকই, "নহাক্লা কয়ম্না খঙগদগে ইমা, কনাগী মকমদগী কয়স্বা মতমদা ংনা য়াথং ফংখিবগে হায়বা? ইমা, চিন পাল্লি হায়হুনা শাপ অহ্ন তৌবদি য়াই, অহুবু—"

অসি হায়রগা মহাক্লা থস্মোয় য়োনা বাসল্য প্রেম ঈহৌরক্লুনা ঈকাইরবা রামগী মমাই নমহ্ননা মথাদগী থাঙ্গংলগা মরাইবক্তা চুপ্পিরগা হায়রকই, "অহ্নবু পিশক পিক্লি'ঙদগী মথাদা কোন্দুনা চাউহন্নবা য়োক্লক্লিবা মহাক অহ্নমক্লা খঙই, য়াথং কদায়দগী কমদৌনা লাকদগে হায়বা। নহাক্লা খনবিক্লগদবা নত্তে ইমা; হৌজিক অমুক্তা ঐগী ইমাংদগী থোকপিগ্রো, চখোম অনিদা পীজগে। ঐগী অঙাং অসি সুমিং হুম্নি চরা হেন্নক্লহবনি।"

অসি ঙা͘না ঙাংনা মমিত্তগী পী অরর হৈথরক্লে।

দিগম্বরীনা মিংকুপ অমরোম চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "মকম অসিদা অহু ওইরবদি ঐবু অমুক লৈবা য়াদ্রিব্রা? য়ুম অসিদা অমুক লৈবা ঙম্লরোই, মহু নঙোন্দা ঙসি ময়েক শেংনা হায়রিবসিনি।"

নারায়ণীনা হায়রকই, "ঐস্মু রাকম অসিমক চিন কাংহুনা হায়দোকপা ঙম্মদ্রিবনি ইমা, তশেংনমক মহাক মকম অসিদা লৈবা য়াররোই। নহাক্না য়েংশিনবদগী ঐগী অঙাংসে ময়াং কংশিন্দুনা ভথায়দা ঙাইরে। মহাক লমহেনবস্মু ওইসনু, অমস্মু ওইসনু, ঐগী য়ুমদা ঐগী মিংমাংমক্তদা মঙোন্দা দগ্নি কনানস্মু পীহনবা ঙম্লোই। ঙসিদি নহাক লৈরো, অহুবু হয়েংদি য়ুমদা হনবিরো। নহাক্কী খরচ-পরচ ঐনা থারকনি, অহুবু মকম অসিদদি নহাক অমুক লৈবা য়াররোই।"

দিগম্বরী নুংবংননা মিংকুপ খরা লেপতুনা লৈরম্লগা তপ্না তপ্না মপালদা থোকখ্রে।

রাম্না মথা-মুংদগী তপ্না তপ্না হায়রকই, "নত্তে ইতৈমা, মহাক লৈজসনু, ঐ ফরবনি, ঐ স্মুমতি (অফবা রাখল) কংলে— অমুক্তদি নহাক্না চাংয়েংউ।"

নারায়ণীনা অমুক্না মহাক্কী মমাই [illegible] য়াইবক্তা চিনবাম্না শোক্লগা মিংকী পীরাংলক্তা [illegible] নোক্লা হায়রকই, "হৌজিক্তি নঙ চাক চাথোক্লো।"

লোইর[illegible]



# শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

## রথুমণিনা হন্দোকপা লাইরিকশিং

১। আশার আসায় (হল্লকপগী আশাদা)

২। স্বামী

৩। ষোড়শী (দেনা-পাওনা)

৪। দর্প-চুর্ণ (নাপল কায়বা)

৫। খাজগ্রবী (দত্তা)

৬। শেষের পরিচয় (অহানবা শরুক)

৭। " " (অনিত্তবা শরুক)

৮। অনৌবা য়ুম্বাল

৯। অরোইবা য়াহং

(শেষ প্রশ্ন) (অহানবা শরুক)

১০। " " (অনিত্তবা শরুক)

১১। অনুপমার প্রেম

১২। আঁধারে আলো (অমম্বদা মঙাল)

১৩। পথ-নির্দেশ (লম্বী তাকপা)

১৪। ছবি

১৫। আলো ও ছায়া

১৬। বোকা (পোংলুম)

১৭। বিচার

১৮। পথের দাবী (অহানবা শরুক)

১৯। রামের সুমতি

২০। বিন্দুর ছেলে